**'Mali'**

Rabindranath Tagore's

**'The Gardener'**

Rendered into Manipuri

by :

**K. Tombi Singh**


Published by ; **K.T. Publications**

Naoremthong Bazar, Imphal (MANIPUR)








অহানবা ফোঙবা : মে ২০০২

কোপি মশীং : ৫০০

মখুম য়েকপা : আর: কে: সনাজাওবা

নোংমৈবুং, ইম্ফাল

মমল : লুপা (হন্ফু) ৬০/-

নম্ফম : বি. সি. পি. ডব্লিউ., লম্ফেলপাৎ

লাইরিক ফংফম : পাম্লোইবী বুক হাউস

নাওরেমথোং বজার, ইম্ফাল

অপোকপা

কোন্থৌজম কুঁবের সিংহ

পান্থৌগী মফমদা কংচবা

# ৱাহে অমা অনীদং

ঐহাক রবীন্দ্রনাথকী শৈরেংদা ঙাওজবা মীশক অমনি। অদুবু কনাগুম্বনা ঐঙোন্দা হংবিরকপা থোক্লবদি 'নহাক রবীন্দ্রনাথ খঙলবরা হায়না, ঐনা খুমজগনি, ঐদি রবীন্দ্রনাথপু করিশু খঙজদে'। অসিমদি ঐ য়াম্না মকালাম্না হায়জগনি,'ঐদি রবীন্দ্রনাথকী শৈরেংগী ঈচেলনা চেনথরবা মহাক্কী শৈরেংগী ঈপাক্তা ঈরাক্লরবা মীওই অমনি'। ঐহাক্কী পুন্সিগী লাইনীংদি কৈদৌঙৈনো ঐনা মহাক্কী (রবীন্দ্রনাথকী) শৈরেংগী ঈপাক-ঈবেন্দগী কাখৎপা ঙমগদবা নুমিত্তু।

অসুম্না ঐনা লাইনীং পৈরে চেৎপসি উবদা গুরুদেবনা থৌজানবিরবরা করিনো খঙজদে গীতাঞ্জলিগী মথংদা 'মালি' অসি ইখঙ হেক খঙহৌদনা ইমা লোন্দা হনদোকপা হৌজখি, অদুগা মতম ইকুই কুইদনা অদুমমক লোইশিনখি। ঐনা য়াম্না নুংশিজরিবদি ইমা লোন মৈতৈলোন অসিনি, বিশ্ব কবিগী শৈবেং কয়া হন্দোকচরিবসিগী মরম অমনা গুরুদেবগী ফজববা অৱাংবা থাক্কী ৱাখল্লোন, শুমহৎলবা ৱাহৈ ৱাতা কয়া মৈতৈলোন্দসু ফোঙদোকপা যাববা হাযবসিগী চাংয়েং অমনি। ঐগী চাংয়েং মায়পাকপরা হাযবদুদি পাবিবিবা সাহিত্য প্রেমীশিংনা লেপপিগনি।

লাইবিক অসি চহী অনী অহুমগী মমাংদগী ফোঙদোকপা য়ারম্লবনি অদুবু ববীন্দ্রনাথকী লাইবিক অসি ফোঙনবা কোপি রাইট পার্মিসন লৌবা তাই। কোপি বাইট পার্মিসন লৌবা হাযবসি য়াম্না অৱাবা থবক অমনি অদুগা মতমসু চঙই। লাইবক ফবদগী শোক ২০০১ গী ডিসেম্বব তাং ৩১ দগীদি কোপি রাইট পর্মিসন লৌবগী থবক অসি লোইশিনখরে। মরম অদুননি ঐনা 'মালি' বু হন্দক পুথোকচরক্লিবসিনি। ঐগী ট্রান্সলেসন অসি ইংলিস ভার্সন্দগীনি অদুগা লিটরেল ট্রান্সলেসনমকসু নত্তে।

অরোইবদা ঐনা পনজগদবা মীওই অমদি ঐগী মরুপ কবি শ্রীবীরেননি, মহাক্না হিরম কয়াদা ঐগী লাইরিক অসি পুথোকপদা মতেং পাংবিখি মরম অদুনা মহাক্কী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

**কে: তোম্বী সিংহ**

২০-৪-২০০২

# মালিদা রবীন্দ্রনাথ

*পুন্সিগী অর্থ খঙগে হায়রবদি রবীন্দ্রনাথকী শৈরেং পাবিয়ু।*
*নুংশিবা মশক খঙগে হায়রবসু রবীন্দ্রনাথকী শৈরেং পাবিয়ু।*

ববীন্দ্রনাথকী শৈবেংদি শৈবেংগী শৈবেংনি পুন্সিবু মশক তাকপনি, নুংশিবা অমসুং ফজববু মুর্তি ওইনা পুথোকপনি, অশিবগা খুৎশম্নদুনা চৎমিন্নবনি, ঈশ্বরগা ব্রাবী শান্নবনি। ব্রাবী শান্নববদা পাউ ফাওনদবা লৈতে। মীওইবগী হিবমদি থম্মু থমখিসি তাইবংপানগী হিবম অমত্তদা ববীন্দ্রনাথকা পাউ ফাওনদবা লৈতে। অমঙবা নোংবু ওইববসু, লিবি হুম্বা মালংববু ওইববসু, মুশি মুশি ঙাল্লিবা থাবলবু ওইববসু ববীন্দ্রনাথতদি পুবকই অদুম্মক পাউজেল বসন্তগী ওইববসু কাযববা থম্মোযগী মপাউখোনবু ওইববসু কনাগুম্বা নূজাগী নত্রগা পাখংগী নত্রগা তাইবং শেম্বা মপুগী মযাথংবু ওইববসু। কনানা খঙভুনি, তিংথৌ তিঙ্গোযগী ইশং শংবা লম্বীদা তবা তবাববা মহাবানীগী খুযা থম্বান্না শোকপদা কবম্না তবাম তবাম্না ওকচখিবা নৌব তিঙ্গোয মতোনশিংদুনা। অদুবু ববীন্দ্রনাথতি মদু খঙই।

থব্রাযগী নীংতম্বদুনি ঐখোযনা নীংতম্বা হাযবিবসি। অদুবু কনানা খঙবা ঙম্বগে মনীং তম্না পাইজবিবা থব্রায চেক্লোগী কাযদোংফম্মু কবি নত্তনদি। লৈশেমঙৈদা ঈশ্বরনা তাইবংমীদা পীবিখিবা মতিক মযাই মীওইবনদি খঙজখিদবা পুম্নমক্কু তপ্পা তপ্পা লৈবাং গুলাপ্পা লৈকা ফন্না শাৎকাযবকপগুম নোংমা-নোংমগী শাৎকাযবকপদা মীওইবনা মশানা মশাগী মশক খঙজবকই। মীওইবনা মশানা মশাগী মশক খঙজববতদা ঈশ্বরবু মশক খঙবা ঙমই। ঈশ্বরবু মশক খঙলবদি মহাক্কী লৈশেম্মুসু খঙবা ঙম্লকই। মহাক্কী লৈশেম্মু উবদা ফজবা অমসুং নুংশিবগী ব্রাখল ফাওবকই। নুংশিবা হাযবসি কবিগুম্বা পোৎশক নত্রগা মীওইবু মতমপূম্বদা নীংশিংদুনা লৈবদুনি। নীংশিংলবদি নুংশিববনি। নুংশিববদি নীংশিংই। কবিনা ঐখোযদা তম্বীবিবদি তাইবংপান শেম্বা মপুবু কবম্না মশক খঙগদগে অমসুং নুংশিগদগে হাযবদুনি। অসুম্না নুংশিববা তাইবংপান মপুসি ফজবদসু মপা লৈতে ; মহাকপু মতমপূম্বদা নীংশিংবদুনি ঐখোযনা অশেংবা নুংশিবা হাযবিবসে। অশেংবা নুংশিবদি থম্মোয পীথোকপনি, কথোকপনি, লৈবাং থম্বান্না মদোম

কেনজবগুম মশাগী করিমত্তা খাক্তনা। মসিদি থম্মোয়গা থম্মোয়গা থব্বায়গা থব্বায়গা অমত্তা ওইবদুনি।

পুন্সিগী অশেংবা শকতমদি শিনাইদবা তাইবং মপুগী পুন্সিদা মীওইবগী পুন্সিনা তিনজরুবদুনি। মসিদি লোইনাইদবা নুংঙাইবগী খোঙচৎ অমনি। তাইবং শেন্বা মপুগা মীওইবগা অনীগী নুংশি কুম্মেদুনি লাইরেবাক্কী ওইবা পুন্সি হায়রিবসি। শিবা নাইবা হায়বসিমক্তনা মীওইবগী পুন্সি অসি অর্থ থোকহল্লি, ইনৌদা নৌহল্লি, পুন্সিগী মমল হেনগৎহল্লি। শিবনা পুন্সিগী অরোইবা নত্তে, শিবদি পুন্সিবু মপুম লেপ্পনি, অমরোমদা পুন্সিগী অহৌবনি। পোৎলম খূদিংমক্কী ওমখৈ লৈ অদুবু পুন্সি অমসুং নুংশিবগী ওমখৈদি কনানসু খঙবা ঙমদে।

ইম্ফাল ; ১২-৯-৯৯ ইং

কে ; তোম্বী সিংহ

# ১

থৌগন্নাই : ননাই ঐবু থৌজানবিয়ুনে ইবেম্মা মহারাণী !

মহাবানী : হৌজিক্তা ময়াম তিন্নরম্বদা মঙাইহরি
থৌগন্নাই পুম্বসু লোইনা হন্নখরে ।
নহাক্না অসুক থেঙলবসিদা করিগীদমক লাক্লিবা ?

থৌগন্নাই : অতৈ থৌগন্নাইশিংগী থবক লোইনখ্রবা মতমদু
ঐগী মতমনি ।
লাকচবনি ঐদি নীংশিংজবা কবিদি লৈহৌবিবগে
নঙগী তোন্দগী তোল্লবা ননাইনা পাঙথোকচবা
য়াবা থৌদাং ?

মহাবাণী : কবি থৌদাংদি লৈখিনি নহাক্না পাঙথোকপা য়াবা
অসুক থেঙলবসিদবু ?

থৌগন্নাই : ওইহনবিয়ুনে ঐবু নঙগী লৈকোলগী মালি ।

মহাবানী : ওহ্নোক্লসু পঙখ্রেদকো ?

থৌগন্নাই : ঐনা ঐগী অতৈ থবক লোইনা থাদোক্লগনি ।
লংথোক্লবনি ঐগী থাং-তা লোইনা লৈমায়দা ,
ঐবু থাবিগনু অরাপ্পা ব্রায়েন শঙদা
য়াওহনবিগনু ঐবু অনৌবা লৈবাক জয় তৌবদসু
ওইহনবিয়ুনে ঐবু মালি নঙগী লৈকোনগী লৈরাংশিংসিগী ।

মহাবানী : নহাক্না করি নথৌদি পাঙথোক্কদৌরিবা ?

## মালি

থৌগন্নাই : ইবেম্মনা ব্রাখন মঙলান্দা তাউবা
হৈনীংদবা কোবৌ শীংবুমশিংদা ঐনা থৌগন ফংজনি ।
থমজগে তগৎ তগৎ তেক্লা তিংথৌ তিঙ্গোয লম্বীদু
ইবেম্মনা সনা খোঙলেঙলিবা অঙনবা অযুক্তা
মালং ঈচীক থেম্বগী,
ওকহনজগে তবাম্না সনাই খোঙথাং খুদিংদা
কেনগদবগী খৌবাংজবিবা লৈবাংশিংনা ।
হাইজগে ইবেম্মবু হবিবান্দোংদা
সপ্তর্পন উপালগী উশা লক্তা,
মফমদুদা যাচংবগী মেঙলবা থাবল মঙান্না
হোৎনবনি তাবনবা ইবেম্মগী সনা ফিগেদা
ফাওজিল্লক্কুনা উনা লক্তগী ।
ইবেম্মগী ফমুং নাকন্দা থাল্লিবা থাউমৈদা,
হাপচিনজনি ঐনা মনম নুংশিবা থাউ,
লৈতেংজনি সনা খোঙনেৎ খুদাসু
যাব চন্দন্না কেসবনা অঙক অঙকপা মওংদা ।

মহাবানী : মদুদা নঙগী ব্রাজমন্না কবি ফংগদৌবিবা ?

থৌগন্নাই : থৌগন ফংজবদুনি ইখুৎমক্লা পাযজদুনা
ইবেম্মগী পীক্লবা থম্বাল লৈযোনগুম তনৌ তনৌববা খুৎশাশিংদু,
শেমজ- শাজবদুনি নাহুববা লৈবাংশিংদু
ইবেম্মগী খুজেংদা যেৎলিবা লৈপবেংদগী,
শংজবদুনি ইবেম্মগী তবা তবাববা খুযা থম্বান্দু
ঙাংলবা অশোক লৈবাংগী মহীনা,
শেংদোকচবদুনি কবিগুম্বদা খুযা উফুলনা লাংলম্বা থোক্লবসু ।

মহাবাণী : থৌগন্নাই নঙনা নীংজবিবদু থুংজবো,
ওইজবো নহাক ঐগী লৈবাং লৈকোলসিগী মালি।

## ২

হে কবি, য়াচং মতম ওইশিল্লক্লে,
নহাক্কী শন্নাংসু অঙৌবা মচু ওল্লক্লে ।
নদোম তূমপাক ব্রাখল ঈপাক্তা লূপ্লিবদি
মথং মপোক অমগী পাউজেল তাবিববা ?
'যাচং মতমবুদি ওইবে ' , খুমজৈ কবিনা,
'অদুবু তাজরিবনি ঐ, কৌবিবক্কবরা কনাগুম্বনা
খুঙ্গংদগী থেঙলবসু থেঙনা ।'
যেংজবিবনি ঐ,
নহা ওইবিবা শাবি শানৌ কনাগী
কঙাওনববা থম্মোয থম্মোয তিন্নবদা
লাঙতক্লববা মীৎস্না খমব্রাং অনীগী মীৎযেংনা
ঈশৈগী ঈঙ্গিৎ পীবক্কববা ,
ব্রা ঙাঙনদনা লৈনবিবা মখোযগী
অচীকপদু থুগাযবিবনবা,
মখোযগী মবমদা থাদুনা ঈশৈ শকপিনবা ।

কনানদি শৈবেংবিগনি মখোযগী নুংশি নুংঙোনগী ঈশৈ,
কবিগুম্বদা ঐনা লৈথোক্লবা মথংগী মপোক অমগী ব্রাখন্দা লূপ
পুন্সি তোর্ব্বান্দা ফম, পুন্সি পোল্লোই ঙাইবদুনা ?

য়াচং থাবাসু মুৎখবে ।
অচীকপা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা পোৎলোইবগী চাক্লম্বা
মৈবীসু শিথখবে তপ্না তপ্না ।
শিথবক্লবা থাজগী মুশি- মুশিবা থাবন্দা
মীতাদবা ইখোল লমহাংদগী
লমহুইশিংনা ঈশৈ ফাংনবগী খোঞ্জেল তাবক্লে ।

## নাপি

লম্বী চৎপা কনাগুম্বনা থাদোক্লুনা মোংবা মরানয়াই
লাক্লবা য়েংগদবগী মরূ লুক্লা অহিংসিবু
তাগদবগী অমম্বসিনা করি চিরোন্নরিবা,
কনা লৈরি তম্বীনবা মহাক্কী নাপ্পদা চীক্লা
পুম্নিগী অথুপ্পা ব্রারোল,
লৈথোক্লবা ঐনা করিগুম্বা থোঙ লোনশিন্দুনা,
নাথৈদুনা তাইবং পুম্নি লীপুন্দগী ?

'ঐগী শন্নাংনা ঙৌজবদা করিগু কায়দে' ।
খুঙ্গংসিগী চহী খ্বাইদগী নৌরিবা নহাগুম নহা ওইজবি ঐদি
অমরোমদা অমুক খ্বাইদগী চহী লিরবা অহলশিংগী
মবক্তা খ্বাইদগী নৌরিবদু ঐগী চহী লোঙ্গানি।

কনানা মোমোন মীনোক তমই, নুংশিনা চন্না,
কনানা হে- শিংনা পাউখোং চল্লি মীৎচিনা ।
কনানা পিরাং শিহ্নে নুমিৎ চুপ্পা শুংগৎলবা,
কনানা লোৎশিল্লি পিরাং থম্মোয়নুংদা ।
মখোয় খূদিংমক্লা ঐবু পান্নে,
অদুনা ঐসে মথং মপোক্কী ব্রাখল খনবা তাঞ্জা ফংজদে ।
ঐদি মখোয় খূদিংমক্কী চহী লোঙ্গানি
অদুনা ঐগী শন্নাংনা ঙৌজবদা করিবু কায়বগে ?

## ৩

অয়ুক্তা ঐনা ঈল হুল্লমই সমুদ্রদা ।
মম্মা লুববা লাইজ ঈবোন্নুংদগী চিংখৎলমই ঐনা
অঙকপা মখলগী পোৎলম কযা কযা
ফজবদসু অঙকপা ফংলবা —
খবনা মোমোন নোকপগুম লম ঙাল্লি,
খবনা পিবাং শিঙ্খবগুম ইবং লংই,
খবনা ইকায নুংশি যান্নববী কন্যাগী মখজাযগুম তঙাং-তঙাংই ।
নোংমগী থৌদাং লোইবদুনা হল্লম্মী ঐনা ইবানযাইদা,
ফমদুনা লৈবমই লৈকোন্নুংদা ঐগী নুংশিবিদু
শান্নবমই নুংঙাইনা থৎ-থত্তুনা লৈনাশিংদু ।
খঞ্জান্নবম্মী ঐ মীকুপ অমদি, অদুবু কৎশিল্লমই পোৎলম খূদিং
মহাক্কী খুযা খাদা, ঐনা ফাজবকপা লোইনমক
অদুগা লেপ্লমই তুমিন্না ।

পোৎলমশিংদুদা মহাক্না মীৎযেং তাবিবকই,
অদুগা হাযবকই, 'কযাদা ঙকখ্রবা পোৎলমশিংনোসিদি ?
অদুবু ঐদি খঙজদে মখোযশিংসি কবিদা চন্নগদৌবিবা ?
ঐ ইকাযবনা লু লূকথবম্মী অদুগা খল্লমই,
'মখোযশিংসি ঐনা ফাগে হোৎনকুবসু নত্তে,
কৈথেন্দগী ঐনা লৈকুবসু নত্তে ;
অদুগা মহাক্কী মতীকচাবা খুদোলপোৎসু নত্তে ।
ঐনা অদুদগীদি পোৎলমশিংদু অহিংচুপ্পা
মথং মথং লংথোক্লমই যাদৌং লম্বীদা ।
অযুক্তা লম কোযবশিং লাক্লমই ;
মখোযনা পোৎলমশিংদু খোমজিন্দুনা পুখি
অবাপ্পা লৈবাক কযাদা ।

## ৪

ওছোকইদা ঐদি, মখোয়না ঐগী য়ূমসে
লম্বী মপান্দা সহরসিগী কৈথেন্দা
শাবিরমলিবা করিগী ?

মখোয়না থাংলৈ হিবোৎ থল্লবা
ময়খোয়গী হিশিংদু ঐগী উপাল মনাক্তা ।
মখোয় লাকই, চৎলি অদুগা কোয়থোকনীংবা
মতমদসু হেক্তা কোয়থোকই ।

ঐনা য়েংলমই মখোয়বু ফমদুনা,
ঐগী মতমসি হৌখি অসুম্না ।
তাছোকউবদদি মঙমদরে ঐনা মখোয়বু ।
অসুম্না লেনজরম্মী নোংমা নোংমা ।
অহিংদা নুংথিলদা ঐগী থোঙ্গান্দা
মখোয়গী খোঙথাং মখোল তায় ।

'ঐ নখোয়বু নশক খঙদে', লাউজৈ ঐনা অরেম্বদা ।
খঙই ঐগী খুৎশাশিংনা মখোয়বু,
খঙই ঐগী নাতোনসিনা মনমদা,
ঐগী লূ-তোংদা চেল্লিবা ঈনা মখোয়বু খঙবগুমই,
মখোয়বু ঐনা মঙদা ফাওবা মঙলিবনি ।
তাছোকউবদদি মঙমদরে ঐনা মখোয়বু ।
ঐনা কৌই মখোয়বু অদুগা হায় ,
'লাকনীংলবদি কনাগুম্বনা, লাকউ ঐগী য়ূমদা,
হোয়নে , লাকউ ।

অয়ুক্তা কাংশি খীংলি মন্দিরদা ।
মখুত্তা লৈ য়েন্দায় পায়দুনা মখোয় লাকই ।
খুনীংশিংদো মখোযগী তঙাং তঙাংই ।
নোংঙাল্লকপগী কোবৌ মশেক্লা য়ৈবি ।
মখোয়গী মায়থোংদা ।
তাঙ্খোকউবদদি মঙমদবে ঐনা মখোয়বু ।
ঐনা কৌই মখোযবু অদুগা হায়, নখোয় লাকউ
ঐগী লৈকোন্দা, লৈ হেক্লোবাউ,
লাকউনে শোমদনি ।

নুমিৎ য়ুংবা মতমদা কোনুংগী সনথোঙদা
কাংশি খোঞ্জেল তাবকই ।
খঙজদে ঐদি কবিগী মখোযনা মশাগী শিন্থা থ'দোক্লুনা
ঐগী ইন্খোল চাযগোযনুংদা লমদল্লবিবা ।
শমজীবৈশিংদো থেৎলিবা মখোযগী শম্বুলদা
মচু ওল্লে লৈমন চল্লে ; শৈশকসু মখোযগী বাঁশিগী
মযেক মশোন খঙদবে ।
তাঙ্খোকউবদদি মঙমদবে ঐনা মখোযবু ।
ঐনা মখোযবু কৌই অদুগা হায ,
'ঐগী উপালশিংসি উকম লাংই, ঈংই,
লাকউবা মকপ খ্বাইসু ।

অহিংদা হাবৌনা ঈশৈ শক্লি উমংদা ।
কনা ওইবিগবা তপ্পা তপ্পা লাক্লিবা
চীংলেম্মা ঐগী থোঙজিন্দা থীল্লবিবা ?
মায়থোংদু ঐ শেংনা উজদে, ব্রা অমত্তসু ঙাঙনদে
ঈচীক হুল্লবা অতিযানা কোযশিল্লি মাইকৈ খূদিং ।
তাঙ্খোকউবদদি মঙমদবে ঐনা মখোয়বু ।
অমস্বদুদা য়েংজৈ ঐনা মহাক্কী মাযথোং থম্বান্দা,
অসুম্মা পূংজাদু হৌখি মঙলানগী ।

## ৫

ঐগী থব্রায়সে পোত্থাদরে ।
ঈখৌ লাংলি ঐনা
ফংঙমদ্রবা পোৎলম কয়া কয়াগী ।
থব্রায় ঐগী মপান থোক্লেনে
য়ৌনীংবনা য়ৌঙমদ্রবা অতাম্বদু ।
হে থোইখোইবা , ও ! নঙগী শুমহৎলবা বাঁশী খোঞ্জেল !
ঐদি কাউথোকলুরে, পূমকাউ কাউথোকলুরে,
ইশা পান্দে ঐগী পাইনবা,

মফমসিগী লীপুন্না পুল্লবনি ঐবুসু মতম পুম্বদা ।
ঐগী থব্রায়সে লাঙতক্লরে, য়াকাইরে,
মীরান্নি ঐদি মীরমসিদা ।
নঙগী নিংশা স্বরনা চেনবিররে নাপ্পচীক্লা পাউজেল
য়ৌঙমদ্রবা পচ্ছুং অমগী ।
ওইরেদো নঙগী ব্রাহৈসু
ঐগী থম্মোয়গী ব্রাহৈগা অমত্তা ।

হে ফংঙমদ্রবা, ও: নঙগী শুমহৎলবা বাঁশী খোঞ্জেল !
ঐদি কাউথোকলুরে, পূমকাউ কাউথোক্লুরে,
খঙজদে ঐদি লম্বীসু,
লৈজদে মশা পানবা শগোলসু ।
শীংথাদবনি ঐদি, ঙাওজবতনি ঐগী থম্মোয়না ।
করি করম্বা মপান নাইদবা শকতমনো নঙগী
লৈচিন নোংফাইদা শেল্লিবা নুংঙাইবা পৃংজাদা
অশংবা অতিয়া মকোয়দা !
হে অতাম্বা পচ্ছুং, ও: নঙগী শুমহৎলবা বাঁশী খোঞ্জেল !
ঐদি কাউথোক্লুরে, পূমকাউ কাউথোক্লুরে ,
থোঙ খূদিং লোনশিনখরে ,
ঐনা ইদোম লৈজরিবা য়ূমসিগী ।

## ৬

পোনগী চেক্লানা লৈজবক্মী পোন্নুংদা, লমগী চেক্লানা উমংদা ।
মবাইবক্লা তম্বা হায়বদুনি,
মতমগী খোঙলে মতুংইন্না উন্নবক্মী মখোয় অনীদু ।
লমগী চেক্লানা হাযবকই, 'ও নুংশিবী পাইখ্রসিনে
ঐখোয় অনী উমংগী লমদম তম্মা ।
পোনগী চেক্লনা খুমজবকই, 'লাকওসিদদুম,
ঐখোয় অনী পুন্না পোন্দা লৈমিন্নবসি ' ।
পোন মনুংসিদা , কদাযদনো মফমবু
শাগল তৃফাংসি তিংথোক্লবা ?
'খুম্লকই লমগী চেক্লনা' ।
পোনগী চেক্লনা হাযজে, 'অৱাবনি, খঙলোইনে ঐদি
কদায উফেদা কাযদোংলুগদবা অতিযাসিদা' ।
'শকউগবা নুংশিবী উমং লমদমগী ঈশৈ,
হাযবকই লমগী চেক্লানা' ।
পোনগী চেক্লানা খুমজবকই , 'লাকউবা ঐগী ইনাক্তদুম,
মবোল তম্বীগে অখঙ- অহৈশিংগী ।
নত্তে, ও : নত্তেদা, ঈশৈদি, কনানসু তম্বীবা ঙম্লোইদা,
হায়বকই লমগী চেক্লানা'।
পোনগী চেক্লনা খুমজবকই, অৱাবনি, খঙজদে ঐদি
উমং লমদমগী ঈশৈদু ' ।
লময়ৌবিনি অনীগী ঈখৌ লাংনবা নুংশি-চান্নবদি
অদুবু শাগল- তৃফাং অনী থেংনদুনা পাইমিন্নবদি
ঙম্লমদে খক ।
য়েংনজে অনীদু পোনগী ৱাংমা ৱাংমদা
অদুবু অবেম্বনি,
চিঙ্লোক্লবদি ঙম্লমদে খক অনীদু ।

মহৈ মহৈ অমগা অমগা নুংশি ঈখৌ লাংন
শাগল তূফাং তন্না খপ শক্লে ঈশৈ,
'নকশিল্লকউ লাওদা চান্নবা !
'কিজেনে ঐদি মথোঙ লোনবা পোন্দু
খুমজরকই , লমগী চেক্লনা' ।
'অব্রাবনি, ঐগী শাগল তূফাংসে শাম্বা পাঙ্গল য়াওদরে
অশিবগা পাংখক ওইরে, শোঞ্জে পোনগী চেক্লানা'।

## ৭

ও: ইমা নিংথৌমচা পাখংদো চৎলরনি

ঐখোয় থোঙ্গালসি ফাওদুনা

করম লৈথোকলসিগেনে ঐবু শিছু পায়দুনা ঙসি ইনুংঙানবসি ?

তাকপীয়ুনে অমুক্তা শমজীনা করম পুনগদৌবিবা,

ফিজেৎনা করম্বা শেৎ-চাগদৌরিবা ?

করিগীনো নঙনা ঐবু ঙক্লা য়েংলিবা, ইমা ?
খঙজেনে ঐ তশেংনা, মীৎচিনা ফাওবা
য়েংবিরমলোই মহাক্লা ঐগী মীহুৎথোঙদা,
চৎখিনি মহাক্তি মীৎনা কুপ্পদা লাম্থোক্তুনা
ঐগী মীৎয়েং ব্রাংমদা :
শৈশক্তুদি অমুক হন্না শক্লরোইদৌবা
মহাক্কী বাঁশীগী, য়ৌরক্কনি অরাপ্পদগী
নিংঙমদনা তেংথাহন্নবা ঐগী থম্মোয়বু ।
নিংথৌমচা পাখংদুদি চৎলরনি শোয়দনা
ঐখোয়গী থোঙ্গালসি ফাওদুনা,
পৃংফমদুদদি ঐসে খ্বাইদগী নীংথিবা ফজবা
ফিজোন্দু শেৎ-চাদুনা লৈবা তারি ।

ও: ইমা নিংথৌমচা পাখংদো চৎখরেনে
ঐখোয় থোঙ্গালসি ফাওদুনা
ইনুংঙানবৈ কোরৌ মশেক্লা থকতোরকই মাগী দোলাইদগী ।
ঐগী কোক্তা খুল্লিবা ইন্নফিদু হাইদোকচ
থদত্তুনা ঙকশমদগী তম্ফাগী লীক্লাং পরেংদু
লংশিনজৈ মহাক্কী লমবেলদা ।
করিগীনো নঙনা ঐবু ঙক্লা য়েংলিবা, ইমা ?
খঙজেনে ঐ, লীক্লাং পরেংদু খুনবিখিদে মহাক্লা ,
তকখায়খি মহাক্কী দোলাই চাকানা
পূমঙাং ঙাংবমখৈ উফুলসু য়াংদৌ লম্বীগী,
খঙনখিদে কনানসু করি খুদোলপোৎনো ঐগী,
খুদোল তল্লিবনা কনাদনো ।
নিংথৌমচা পাখংদো চৎখিদো অসুম্না
ঐখোয় থোঙ্গাল ফাওদুনা,
তম্ফাগী লীক্লাং পরেংদু থবাক থন্না শিজরিবা
লংশিনজখি মহাককী লমবেলদা ।

## ৮

ঐগী ফমুং নাকন্দা ঙাল্লম্বা থাউমৈদু মুৎখিবগা
য়াহৌরম্মী ঐ য়াহৌঙনবা পোম্বী চেক্লাশিংগা ।
লাওনা হাংদোক্লবা মীহুৎথোঙ মপাদা
ফারপ পুনবা শম্বুলদা অনৌবা শমজীরৈ
থেৎচিন্দুনা ফল্লমই ঐ ।
অয়ুক্কী ঙাঙ্ক্রানবা নোংজাবী মরক্তা য়াংদৌ লম্বী য়ান্দুনা
লাক্লমই লমকোয়বা পাখংদু ।
লৈতেংলি মহাক্কী ঙকশমদা লীক্লাং পরেং তম্ফাগী
য়ৈরি কোরৌ মশেক্লা মাগী লূহুপ্তা ।
লেপ্লমই মহাক্লা ঐগী থোঙ্গান্দা,
হংলমই ঐঙোন্দা য়াম্না খঙনীংনা,

'নূজাদুবু কদায়দনো '?
ইকায়মনখিবনা ঐসে ঙল্লমদে হায়দোকচবা,
'নূজাদু ঐনিনে, লমকোয়বা পাখং ও, নূজাদু ঐনিনে ' ।

য়াচং মতমনি মৈনুং চুখৎনদ্রি ।
থৌৱা - শাদখৈ ঐসে শমজী শেল্লমই ।
লমকোয়বা পাখংদু লাক্লমই দোলাই খোঙনেৎনদুনা
নুমিদাংৱাই তবুম তবুম্বা মতমদুদা ।
মহাক্কী শগোলশিংদো মচিন্দা কোঙ্গোল কারমই,
ফিজোন্দু মহাক্কী উফুল-ৱাইফুল তৈরম্মী ।
ঐগী থোঙ্গান্দা কুমথরক্লমই মহাক,
অদুগা য়াম্না চোকথরবা খোনফমদা হায়রকই
'নূজাদুবু কদাযদনো ?'
ইকায়মনখিবনা ঐসে ঙল্লমদে হাযদোকচবা
'নূজাদু ঐনিনে, চোকথরবা পাখংও,
নূজাদু ঐনিনে' ।
শজিবুগী অহিংনি,
ঐগী কাগী থাউমৈসু ঙাল্লি,
খাগী নুংশিৎ নামিবা হুল্লক্লি লিরি লিরি ।
কোয়রাং-লাংলম্বা তেনৱাসু তূমখুন তানখবে
পোনগী মনুংদা ।
ঐগী ফুরিৎনা ৱাহোং মথাগী মচুনি,
ইন্নফিনা য়েন্নীং হুনবদা ঙায়রিবা অশংবা হানৌ মচুনি ।
ঐ ফল্লমই লৈমায়দা মীহুৎথোঙ মপাগী
য়েংলমই মী চৎনদ্রবা অহাংবা লম্বীদুদা ।
অমম্বা অহিংদুদা ঈশৈগুম ঙংজরমই ঐনা
'নূজাদু ঐনিনে, নীংবা কায়রবা পাখংও,
নূজাদু ঐনিনে ' ।

## ৯

ঐনা নুংশি খোঙচত্তা
ইথন্তা অহিংদা চৎপা মতমদা,
শৈশক তন্নমদে পোম্বী চেক্লাশিংনা,
মালংবা মাসু লিরি হুন্নমদে,
য়ূম য়ূমসু লম্বীগী নাক-যেত্তা
তূমপক তূমপক লেপ্লমই ।
ঐগী খোঙজী মখোল ওইবল্লে খোঙথাং খূদিং
থোইনা হৌগৎলকইবা খোঞ্জেলদু,
ঐ ইকাযজবম্মী ইথন্তা ।

যূমগী মথক থংবা মাঙ্গোন্দা ফম
তাজবম্মী চান্নবা মহাক্কী খোঙথাংখোলবু,
মতমদুদা হাইদে হুমদে উনানা উকাদা,
লাইজসু তুবেলগী মপুক তপ্লমই,
তূমখুন তানখ্রবা থোঙঙাকপা কনাগী
মখ্বাংদা য়াল্লিবা থাংশাংগুম ।
লাক্ল-ফানা ঙমদনা ঈথক ঈপোম হৌবিবদি
ঐগী নিংদোল মিহুন্দুম ওইবমলে--
ঐদি খঙজদে কবম নেমথহনশিগবা মসিবু ।
চান্নথোইবদু ঐগী লাকপিদুনা
ইনাক্তা ফম্লববা মতমদুদা,
তনিক তনিক্লমই হকচাংসে
মীৎলু অনীসে ঙমজরমদে হাইগৎপা,
অহিংসু অসুম অসুম মমশিল্লকই,
মালংবগী শহুমদা মুৎখি থাউমৈসু,
লৈচিন ফিরুক খুমখি থব্রানমিচাকশিংসু ।
ঐগী থবাক্তা শিবিবা মনিমুক্তানা ওইবল্লে
পূমঙান ঙাল্লিবসু মঙান পীবিবসু,
ঐদি খঙজদে কবম লোৎশিনশিগবা মসিবু ।

# ১০

শিছাদু নঙগী থাদোক্লমলো অদুম্মক নূরা ইনেম্মচা ।
তাওনে অমুক্তা, নশাবী মানজদো লাকলেগবা ।
তাদবরনে নঙবু মহাক্লা তপ্না চীংলেম্না
থোঙ্গানগী চার পৌরোন শংলকলিবসে ?
চেকশিল্লুকো নহাক্কী খোঙজী মখোল থোকহনগনুকো,
মহাকপু উন্নবা চৎপদা নঙগী খোঙথাংসু
তহা তহা থাংগনুকো ।
শিছাদু নঙগী থাদোক্লমলো অদুম্মক নূরা ইনেম্মচা,
নুমিদাংবাইসিদা, নশাবী মানজদো লাক্লেগবা ।

নত্তে, অকি তুজুং পোক্লুগনু, নূরা ইনেম্মচা,
মসি নোংলৈ নুংশিৎ নত্তেনে ।
থানিলগী অহিংনি শজিবু থাগী
হৈকোল লৈকোন্দা লৈচিনগী মমি তাররি,
কোকথক্তা অতিয়ানা পূমঙাল ঙাল্লি ।
নঙগী কোকখুমফিদু চিংখৎনীংলবসু চিংখৎলু ;
কিরবসু থাউমৈদু পুদুনা চৎলু থোঙ্গান্দা ।
নত্তে, অকি তুজুং পোক্লুগনু, নূরা ইনেম্মচা,
মসি নোংলৈ নুংশিৎ নত্তেনে ।

মহাক্কা উন্নবা মতমদা, করিগুম্বদা ইকায়রবদি,
ঙাঙলুগনুকো বা অমত্তা, থোঙ্গাল মচিদা
অদুম্মক লেপ্তুনা লৈয়ুকো ।
করিগুম্বদা মহাক্লা বা হংলকপা থোক
নহাক্লসু য়ানিংলুবা মতাং থোক
অদু ওইরবদি তুমিন্না মীৎস্না অনীদু

লৈমায়দা য়েংজবদি ঙমমিদনা ।
নঙগী খুজী নাচিদু মখোল থোকহনগনুকো
খুত্তা থাউমৈ পায়দুনা মহাকপু নঙনা
ইমুং তম্না লাকমিন্নবদা ।
ইকায়রবদি নহাক ঙাঙলুগনুকো ব্রা অমত্তা ।

লোইশিন্দ্রিববা নহাক্কী শিছাদু হৌজিকপু নূবা ইনেম্মচা ?
তাওনে অমুক্তা, নশাবী মানজদো লাক্লেগবা ।
শঙ্গোলগী থাউমৈ চুখৎলুদ্রিববা ?
নুমিদাংব্রাই পূজাগী লৈ য়েন্দায শেমশাদ্রিববা ?
নঙগী লাইবক্কী সিংগ্রেংদা মঙ্গলগী সিন্দুব নমদ্রিববা,
নুমিদাংসিগী কেবা মৌবা লোইদ্রিববা ?
ও, নূবা ইনেম্মচা তাদববনে নঙবু,
নশাবী মানজদো লাক্লেগবা ?
শিছাদু নঙগী থাদোক্লমলো অদুম্মক ।

## ১১

লাকও অদুম্মক নঙনা লৈবিবা ফিভমদুদা,
লৈথোক্লগনু অমুক হঙ্গৎ- হন্দা চত্তুনা
নঙগী মকে শেমফম কাদুদা ।
শম্বুলদু নঙগী শমজীগী কোল্লবসু,
মপা চুমদ্রবসু নঙগী সিংগ্রেংগী শন্নাংশিংদু,
লাকশিনহৌদ্রবসু খ্বাংচেৎ
নঙগী ফুবিৎ চাংদোন্দা, খল্লুনু কবিসু ।
লাকও অদুম্মক নঙনা লৈবিবা ফিভমদুদা,
লৈথোক্লগনু অমুক হঙ্গৎ- হন্দা চত্তুনা
নঙগী মকে শেমফম কাদুদা ।

লাকও, খোঙথাং য়াঙনা তিঙ্গোয় লম্বী থকসিদা ।
লীক্লানা লৈরীক কাহন্দুনা মোৎহল্লবসু নঙগী খুয়াথম্বান্দু,
কোমথবক্লবসু নঙগী খোঙজী মরীদু,
মুক্তা মরু নাম্বুরক্লবসু নঙগী লীক্লাং পরেংদগী,
খল্লুনু কবিসু ।
লাকও, খোঙথাং য়াঙনা তিঙ্গোয় লম্বী থকসিদা ।

য়েংউ, অতিয়াসে নোংনা কৃপখরে ?
উরোক শঙ্গু শঙ্গু পাইখৎলক্লি অরাপ্পদা
তুবেল খোঙনুংদগী,
অকনবা নোংলৈ নুংশিৎনা
খঙহৌদনা অরেপ্পা লৈতনা শীৎলক্লি
অশংবা শাবল লমহাংদা
মিপায়ববা শা ষণশিংনা চেন্নবি খাঙপোক্তা খুঙ্গংগী।
যেংউ, অতিযাসে নোংনা কৃপখবে ?

নঙনা অরেম্বদা চুখৎলুরি মকে শেমফম কাগী
থাউমৈদু - মুৎখরেদো ঙাইহাক ঙাল্লম্নগা
মালংবগী শহুমদা ।
কনানা খঙভুনি নঙগী মীৎপান্দা কালী তৈবম্লোই ?
মরমদি নঙগী মীৎম্না অনীদু অমঙবা নোংদগীসু হেন্না মুই ।
নঙনা অরেম্বদা চুখৎলুবি মকে শেমফম় কাগী থাউমৈদু -
অদুবু মুৎখরেদো !
লাকও অদুম্মক নঙনা লৈরিবা ফিভমদুদা
লৈথোক্লগনু অমুক হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা

নঙগী মকে শেমফম কাদুদা ।
কনানা কবিদি হায়নগনি, লেংহৌদ্রবসু লৈ পবেং ;
শমজিন্নহৌদ্রবসু মবীদু পান্বোম ফাবীগী,
ফবে অদুম্মক ।
অতিয়াসে লৈচিন্না কুপখবে - মতমসি থেঙজিল্লক্লে
লাকও অদুম্মক নঙনা লৈবিবা ফিভমদুদা,
লৈথোক্লগনু অসুক হঙ্গৎ- হন্দা চত্তুনা
নঙগী মকে শেমফম কাদুদা ।

## ১২

পুল্লাংদা লাইজ ঈশিং শোকপনা
নশিঞ্জাং ওইবা তাববদি,
লাকও, হো, শোক্লবো লাইজ ঐগী পাৎসিদা ।
কোযশিল্লক্নি লাইজ ঈশিংনা নঙগী খূজেংদা
অদুগা তুমিন্না ট্রীক ট্রীক টীক্লক্নি ।
অমঙবা নোংগী মমি তাববি লৈঙোই শেক্তা থক্তুদা ;
নোংখোঙ নেমথবক্লি উতোল-ব্রাতোলগী
অশংবা পংতিগা মান্ননা,
শোংলবা পিশুম্না কুপথবগুম নঙগী মীৎস্নাদা।
ঐ তশেংনা খঙ্ডিনে তান্দু নঙগী খোঙথাংগী,
মখোযনা ঐগী থম্মোযদা যৈববিনে ।
পুল্লাং থন্না লাইজ ঈশিং শোকপা তাববদি
লাকও, হো, শোক্লবো লাইজ ঐগী পাৎসিদা ।

নঙনা ব্রাখল মঙলান্দা তাউ থৌশাদনা ফমদুনা লৈথোক্লবসু
তাউহল্লকউ নঙগী পুল্লাংদু লাইজ থক্তা,
লাকও, হো, শোক্লবো লাইজ ঐগী পাৎসিদা ।

মালি

লোইরোই লোইরোই ঙামথরিবা পাৎকি চাংজৌদা
তিঙ্গোয়না ইশং শংলিবা, লমলক্কী লৈরাং কয়া কয়ানা
মশীং থিঙমদখৈ শাৎলিবা ।
মুর নঙগী মীৎম্না অনীদগী কঙাওননা চৎখিনি
নঙগী ৱাখলসু চেক্লাশিংনা মহুমদগী পাইথোকখিগুম ।
নঙগী মায়খুমফিসু নাছুরক্কনি নঙগী নখোঙদা ।
নঙনা নুংঙাইনা ফমদুনা লৈথোক্কদবা ওইরবদি,

লাকও, ঐগী পাৎসিদা ।
নঙনা শান্নরিবদু থাদোক্লগা ঈশিংদা
ঈরুগুনা শান্নবা তারবদি, লাকও,
হো, লাকওনে ঐগী পাৎসিদা ।
শংবানবা মচুগী ফিজোন্দো নঙগী থনমলো তোর্ব্বান থক্তা,
শংবান্নবা লাইজনা কুপশিনখিনি নঙবু
অদুগা লোৎশিনখিনি ।
ঈথক ঈপোম্না কোয়শিল্লবনি নঙগী ঙকশম তোংদমদা
অদুগা চিরোম্লরনি ৱা কয়া নঙগী নাপ্পদা চীক্লা ।
ঈরুগুনা শান্নবা তারবদি লাইজ ঈশিংদা
লাকও, হো, লাকওনে ঐগী পাৎসিদা ।
নঙনা করিগুম্বা ঙাওদুনা শিনবা চোংথবা তারবা
লাইজ ঈশিংদা, লাকও, হো, লাকওনে
ঐগী পাৎসিদা ।
মসিগী লাইজসে ঈংই অদুগা লুবদসু মপা লৈতে,
মম্বদসু তূমখুন হুনবগুমনি মঙ মঙদখৈ ।
ঈরোন্নুংদা মসিগী নাইদে অহিং নুংথিল,
খোন্নাইদে ঈশৈসু ।
নঙনা করিগুম্বা চোংথবা তারবা শিনবা লাইজ ঈশিংদা,
লাকও, হো, লাকওনে ঐগী পাৎসিদা ।

## ১৩

হংজখিদে ঐদি করিশু নঙোন্দা,
অসুম লেপচবতনি উমংগী মনাক্তা
উপালশিংগী মরুমদা ।
মীৎম্না অনীদু মশিংদ্রি হৌজিক ফাওবা নোংঙাল্লকপগী,
লীক্লাসু মতাকতরি মালংগী ।
নুংঙাইতবা মনমদু অপুম্বা নাপীশিংবীগী
কোকতরি হৌজিক ফাওবা লৈমায়দা ।
মাখোনগুম তনৌ-তনৌরবা নঙগী খুৎশাশিংনা
পায়দুনা শঙ্গোম শুন্নম্মী নঙদি খোংনাং বটকী মখাদা ।
মতমদুদসু ঐদি অদুম লেপ্লমই ।

হায়জখিদে ঐদি ব্রা অমত্তসু,
খোংলক্লিবদি চেক্লাশিংনি মশক উহন্দখৈ অপুঙবা উনা লক্তগী ।
হৈনৌ মপাল চাইথরক্লি হৈনৌ পাম্বীশিংদগী
খুঙ্গংগী লম্বীদা,
পাইরক্লি, খোইমুশিংনা ঙংনা ঙংনা
লৈহী চুপকদবগী মথং মথং ।
পৃথ্বীগী ব্রাংমদনা অমুক থোঙ লাওনা হাংদোক্লবা
শিবগী মন্দির লৈরিদো,
মফমদুদা ভক্তশিংনা লাইশোন শোনবা হৌনখরে ।
নঙগী তম্পাক্তা পাত্রদু থম
শঙ্গোম শুন্নমই নঙদি ।
ঐনা লেপ্লমই অহাংবা পাত্র পায়দুনা ।

ঐদি লাকচরমদবনি নঙগী ননাক্তা ।
মন্দিরগী কাংশি খোঞ্জেন্না অতিয়াসি মিকপ থোক্লমই ।
ম্বণবী ম্বন্নাওশিং হোইবগী উফুল হৌরম্মী য়াংদৌ লম্বীসু ।

লাইজনা চ্রোক চ্রোক লাওবা পুল্লাং খ্বাংদা য়েপ,
লাক্লমই নুজাশিং তুরেন্দগী ।
নওগী খুজী মখোন্না জ্রিং জ্রিং হায়রি ;
পাত্র মনুংদা ঈশিংদা
কোঙ্গোল প্রিক প্রিক কারি ।
হোংলক্লি ফিজোনসু অয়ুক্কী অসুম অসুম
অদুবু ঐদি লাকচরমদবনি নওগী ননাক্তা ।

## ১৪

করিগীনো হায়বদদি ওমজদে, ঐ চৎলমই লম্বীদা,
নুমিৎ য়ুংবা মতমসু হৌখরে,
উশা-ব্রাশাশিংনা ফর ফর হাইরম্মী নুংশিত্তা ।
মখোয়গী অশাংবা মমিশিংদুনা অমুক্কা
মখুৎ শাংনা তিংথোক্কুনা হাথু হাথু চৎলিবা
কোরৌ মণ্ডান্দো মখোওদা কোনশিল্লি ।
কোকিলশিংসু ঈশৈ শকপদা চোকথরম্মী ।
করিগীনো হায়বদদি ওমজদে, ঐ চৎলমই লম্বীদা ।

ঈশিং মপান্দা লৈরিবা খাওপোকশওদু
মনাক নকপগী অব্রাংবা উপাল অমনা উরুম লাংহল্লমই
কনানো নূজা অমসু মথৌ য়াম্না চান্না উই ;
ইমুংদা কাচিন মচি অমদা
মাগী খুজীশিংনা নুংশিবা ঈশৈ শক্লকই ।

লেপ্লমই ঐনা খাওপোকশওসিগী মমাংদা,
করিগীনো হায়বদদি ওমজদে ।
নুংশিৎ য়াম্না শিৎপা অপীকপা লম্বীদু
হঙ্গামগী লৌবুক কয়া অমা অদুগা
হৈনৌগী উমং কয়া অমা ফাওদুনা চৎলি।
খুঙ্গংগী মন্দির মনাক্তসু লম্বীসি ফাওদুনা চৎলি

অদুগা হিদেন তাফম কৈথেন্দসু ।
ঐনা লেপ্লমই খাঙপোকশঙদুগী মমাংদা
করিগীনো হায়বদদি ঙমজদে ।
চহী কয়াগী মমাংদনি লিবি হুম্বা মালংবসু লমদাগী
শউম কনবা নুমিৎনি, বসন্তগী মপাউখোনসু
থোইনা ময়েক শেংলমদে,
শিছুবমই হৈনৌ মপালশিংসু লৈমাযদা ।
ঈপোম নাইবা লাইজগী ঈথক্লা হেক হেক শোক্লবি
পিথ্রাই সনাবুন্দা খিন্দুনা থল্লিবা হিদেন তাফম থাক্তা ।
ঐনা নীংশিংলমই লমদাগী নুংশিৎ কনবা নুমিত্তু,
কবিগীনো হাযবদদি ঙমজদে ।
মি শিংসু তেনশিল্লকই, শা ষণশিংসু মাগী মাগী মফমদা হন্নবক্লমই ।
শিথবক্লবা কোবৌ মঙান্না চীক্লবা শনজাবুংদা তাবি,
খুঞ্জাশিংনা হিবানগদবগী তোর্ব্বান্দা হি ঙাযনবি ।
ঐ খোঙ তপ্না তপ্না থাংলদুনা হল্লক্লমই,
কবিগীনো হাযবদদি ঙমজদে ।

## ১৫

মশাগী নুংশিবা মনম্মা ঙাওদুনা চেনবগুম
কস্তূবি শজিনা,
চেল্লমই ঐ উমং শীনথুংনা ।
অহিংদু ইঙা থাগী খাযায চনবা অহিংনি,
লিবি হুম্বা মালংবসু খাগী নুংশিৎ নামিবনি ।
ঐ চৎলমই অদুবু লম্বীদি লম্মুক্লবমই,
ফংগে তান্নবমই ঐনা ফংঙমলোইদবা পোৎশকপু,
ফংলমই ঐনা ফংগে তান্নদবা পোৎশকপু ।
ঐগী অপাম্বগী শকতমশিংদু চোংথোবক্লমই
ঐগী থম্মোয় লকানুংদুদগী অদুগা জগোয় শারমই ।

পাইথোকখি ঐগী ৱাখলগী অরংবা মণ্ডলান্দু ।
মাবু চেকশিন্না ফাগে হোৎনজবদা,
নাথৈদুনা চৎখি ঐঙোন্দগী,
ঐগী লম্বী কণ্ডাওনহনখি ।
ফংগে তান্নরমই ঐনা ফংঙমলোইদবা পোৎশকপু,
ফংলমই ঐনা ফংগে তান্নদবা পোৎশকপু ।

## ১৬

খুৎকা খুৎকা খুৎশন্না, মীৎকা মীৎকা মীৎচান্না ;
অসুম্না হৌরকখি ঐখোয়গী ৱারীসে থম্মোয অনীগী ।
মতমদু লমদাগী থাবল ফবা অহিংনি,
হেনাগী নুংশিবা লৈনম্না মালং শীন থুংলি,
ঐগী বাঁশীসু তারি লৈমায়দা থওইবীদখে,
অদুগা লোইশিন্দ্রি নঙনসু লৈপবেং লেংবা ।
নুংশিনবসি নঙ-ঐগী য়াম্না চমই ঈশৈ শকপগুমই ।

কোমলা মচুগী নঙগী মায়খুম ফিদুনা ঐগী মীৎসি ঙাওহল্লি ।
নঙনা ঐগী ঙকশমদা শিবিবা মালিকাগী লৈপবেংনা
ঐগী থৱায়শে ফুগায়না শাৎকায়হল্লি পুক্নিং থৌগৎপিবগুমই।
মসি মশান্না অমনি, অমুক পীথোকপা, অমুক লৌশিনবা,
অমুক শকখঙনবা, অমুক চিংনবা ; অমুক্না মোমোন নোকপা,
অমুক্না ইকায়বগুম্বা, করিগুম্বদসু কান্নদবদা নুংশি লাছেংনবা ।
নুংশিনবসি নঙ-ঐগী য়াম্না চমই, ঈশৈ শকপগুমই

লৈতে ঙক্লুনিংঙাই হন্দক মপোকসিগী ৱাংমদা,
কান্নদে ফংগে হোৎনরুবা ফংঙমলোইদবা পোৎশকপু,
খক তুং কোইরোই থম্মোয়বু শুমৎলিবা পোৎশকসিনা,
খঙদবা পোৎশকপু অমম্বদা খক মারোইদবনি
নুংশিনবসি নঙ-ঐগী য়াম্না চমই ঈশৈ শকপগুমই ।

মতম পূম্বদা তুমিন্না লৈবদুগী মরমদা
ঐখোয়না ব্রাহে অমা ফাওবা হেন্দোক্লা হায়দ্রি ;
মগুলানগী ব্রাংমগী পোৎশক্কীদমকসু
ঐখোয়না অবেম্বদা খুৎসি খক হাইরুদে ।
ঐখোয়না পীরিবা ঐখোয়না ফংলিবসিনা ওকলে ।
ঐখোয়না নুংঙাইববু খক মতোন লোম্লবা হোৎনকদে
অব্রাবদা য়াওবিবা নুংঙাইবগী মযাইদু ফংনবা ।
নুংশিনবসি নঙ-ঐগী যাম্না চমই ঈশৈ শকপগুমই ।

## ১৭

মখোযগী উপালগী উফৈদা তোংদুনা উবিংনা খোংলকপদা
ঐগী থম্মোযশে হবাউ তযাম্না জগোয় শাজৈ ।
খুঙ্গং অমত্তদা লৈমিন্নে ঐখোয অনী
মসিনি নুংঙাইজবিবা ঐখোয়না ।
মহাক্লা যোকচবা যাউমচা অনীদু ঐখোযগী লৈকোলগী
উপালশিংগী উকমদা শজিক চাববি ।
কবিগুম্বদা অনীদুনা ঐখোয়গী বালিগী লৌবুক্তা
চংলম্বা থোক্লবসু ঐনা মখোযবু
পমদুনা হেক থাংদোকপি ।
ঐখোয়গী খুঙ্গংসিগী মমিংনা খঞ্জানা কৌই
অদুগা তুবেলসিবুনা মযাম্না অঞ্জানা কৌনৈ ।
ঐগী ইমিংবুদি খুঙ্গংসিগী মীপুম তিংনা খঙনববনি,
অদুগা নূজাদুগী মিংলেন্না বঞ্জনা কৌই ।

লৌবুক অমখক্তনি খল্লিবা মাগা ঐগা লৈনরিবসি ।
ঐখোয়গী হৈনৌ উমংদা খোইরা য়ানবা হয়িংখোইশিংনা
লৈহী থিবা চাকতারুই মখোযরোমদা ।
মখোয়গী হিদেন তাফমদগী চাইথবকপা লৈরাংশিং

তাওথরকই ঐখোয়না ইরুজরিবা ঈচেন্দু তম্মা ।
অকংবা কুমগুলে পোল্লাং পোল্লাং মখোয়গী লৌবুক্তগী
য়ৌরকই ঐখোয় কৈথেন্দা ।
ঐখোয়গী খুঙ্গংসিগী মমিং খঞ্জানা কৌই,
অদুগা তুরেলসিবুনা ময়াম্মা অঞ্জানা কৌনৈ ।
ঐগী ইমিংবুদি খুঙ্গংসিগী মীপুম তিংনা খঙনরবনি,
অদুগা নৃজাদুগী মিংলেন্না রঞ্জনা কৌই ।

বসন্তগী মতমদা হৈনৌ মপালগী লৈনম্মা নুংশিহল্লি
খোঙলম্বীদু মখোয় য়ূম তম্মা চৎলিবা ।
মখোয়গী লৌবুক্তা তীসি মরু লোকপা মতমগা
চানৈ তাঞ্জাদু অনানবনা মপান শাৎপগা ঐখোয় লৌবুক্তা ।
মখোয়গী খাঙপোকশঙ মপাদা ঙাল্লিবা থাৱনমিচাকশিংদু
উহল্লি তগুপ তরেংনা ঐখোয়গীদসু ।
মখোয়গী পৃথ্বীবু হেক পাথোকপমখৈ চুরিবা নোংজুনা
ঐখোয়গী কদমগী উমংবু তগৎ তগৎ তেকখৎহল্লি ।
ঐখোয়গী খুঙ্গংসিগী মমিং খঞ্জানা কৌই ,
অদুগা তুরেলসিবুনা ময়াম্মা অঞ্জানা কৌনৈ ।
ঐগী ইমিংবুদি খুঙ্গংসিগী মীপুম তিংনা খঙনরবনি,
অদুগা নৃজাদুগী মিংলেন্না রঞ্জনা কৌই ।

## ১৮

নূবা মচিন-মনাও অনীনা লাইজ ঈশিং শোকপা চৎপদা,
লাকই হেক হেক মফমসিদা অদুগা মোমোনসু নোকচৈ ।
খঙলম্বা য়াই মখোয় অনীনা কনাগুম্বা অমদি উপালশিংগী মরুমদা লুমলি,
মখোয়নবু লাইজ ঈশিং শোকপা চৎলবদি ।
নূরা মচিন-মনাও অনীদো নাপ্পা চীক্লা ৱাতানৈ
মফমসি লান্দুনা চৎপা মতমদা ।

ওইরম্বা য়াই মখোয় অনীনা ব্রাতান্নরিবদু অরোন-অথুপ
কনাগুম্বদুগী মরমদা উপালশিংগী মরুমদা লুমলিবা মখোয়নবু লাইজ
ঈশিং শোকপা চৎলবদি ।
মফমসি হেক য়ৌবদা খঙহৌদনা খংইন ইল্লকই
মখোয় ঈশিং পাত্রদু, অদুগা পাত্রদগী ঈশিং নিকথোক্লমই ।
খঙজববনি মখোয় অনীনা কনাগুম্বদুগী
থম্মোয় মিহুন চোংই উপালশিংগী মরুমদা লুমলিবা
মখোয়নবু লাইজ ঈশিং শোকপা চৎলবদি ।
নূরা মচিন-মনাও অনীদো মফমসি হেক য়ৌবদা
মীৎকা মীৎকা মীৎচান্নে অদুগা মোমোনসু নোকচৈ ।
হাথু হাথুবা মখোয অনীগী খোঙথাংদু হৌনা নোকপগুমই,
মদুমক্তনা কনাগুম্বদুগী থম্মোয়দা চমন্নবা পোকহল্লি,
উপালশিংগী মরুমদা লুমলিবা ;
মখোযনবু লাইজ ঈশিং শোকপা চৎলবদি ।

## ১৯

অথনবা ঈশিংপুন খ্বাংদা যেপ চৎলমই নঙনা
তুবেল মপানগী লম্বীদা ।
নঙগী ফব ফব হাইবা মাযখুমফি হাইদোক্তুনা
মাযথোংদু তন্না ওনশিল্লক ঐঙোন্দা
যেংলকলিবনা কবিগী ?
যেংথোবকপদি নঙনা অমম্বদগী লংলপ তৌবা মীৎম্লানা
থোক্লবে ঐঙোন্দদি লাইজ ঈপাক থক্তুদা,
ঈংলসনু মতাগুম লিবি হুম্বা মালংবনা শিৎলকপদা
ঈথক্লা জগোয শাজবগুম অদুগা তপ্না তপ্না
হুমজিনখিবগুম মশেন মরান উবিবা তোর্বান চাংজৌদা ।
থোক্লবে ঐঙোন্দদি চেক্লাগুম কোয়পাই পাইবিবা
য়াচংবগী থাউমৈ থাদ্রিবা যূমগী কাদা

হাংদোক্লবা মীহুৎ থোঙদা ফাওদুনা কা অমদগী অমদা
অদুগা মাংখিবগুম অহিংদা ।
নঙনা লোইবী চীংগী মরুমদা লোৎলিবা থব্রান্নি,
ঐনা য়াংদৌ লম্বীদা চৎলিবা লমকোয়বনি ।
অথনবা ঈশিংপুন খ্বাংদা য়েপ চৎলিঙৈ নঙনা
তুরেল মপানগী লম্বীদা, ঙাইহাক লেপ, মায়খুমফি হাইদোক
য়েংলকলিবনা ঐঙোন্দা করিগী ?

## ২০

নোংমগী মথংদা নোংমা কাংদনা
মহাক লাক্লমই অদুগা হেক্তা হনখি ।
ইতারোই চৎলুনে, পীবিয়ু খরা মঙোন্দা
লৈ নাচোমশে ঐগী নাপ্লদগী ।
করিগুম্বদা মহাক্লা হংলকপা থোক্লবদি
কনানা পীরক্লিবনো,
হায়জরিবসিনি নফমদা হায়দোকপীগনু
ঐগী ইমিংসি মহাক্কী মফমদা --
মরমদি সুপ্লগী মহাক লাক্লমই
অদুগা হেক্তা হনখি ।
ফমলি মহাক্লা উপালগী মখাদা উফুলথক্তা ।
ইতারোই শেম্বীয়ুনে খুদা অমত্তা মাগী
উনা চরোং চরোংগা লোয়নবা লৈরাংশিংসিনা ।
মহাক্কী মীৎস্নাসি ব্রানা উই
মসিনা ঐগী থম্মোয়শে ব্রাহল্লিনে ।
হায়দে মহাক্লা ব্রাহে অমত্তসু মাগী পূক্লিংগী
-সুপ্লগী মহাক লাক্লমই অদুগা হেক্ত হনখি ।

## ২১

ইন্নুং হেক ঙাল্লকপগা, কোযনা চৎপা পাখংসিনা,
করিগী অতম্মরল্লিবা লাক্লবা ঐগী থোঙ্গালসিদবু?
মতম খূদিংদা ঐগী চৎথোক-চৎশিনদা
চৎলুই লান্দুনা মাগী মনাক্তা,
ঐগী মীৎয়েংসি হেক্তা তারুই
মহাক্কী মায়থোংদা
খঙজদে ঐদি ব্রা হায়সিবা মঙোন্দা
নত্রগা,
লৈথোকসিবা তুমিন্না ।
কবিগী অতম্মবমলিবা মহাক্লা
লাক্লবা ঐগী থোঙ্গালসিদবু?
ইঙেনগী নোংমঙবা অহিংশিংসি মর্মই,
নাকেন্থাদদি অতিযাসে মেংনা শংবাল্লি
বসন্তগী মতমদদি খা-বাই খঙহন্দে
খাগী নুংশিৎ নামিবনা ।
মতম খূদিংদা শকই ঈশৈ মহাক্লা
অনৌ অনৌবা খোন্থাং হাপ্তুনা ।
শিন্থাদগী মায় ওন্থোরকপদা
ঐগী মীৎসি য়ুবান্না ইমমমল্লমই ।
কবিগী অতম্মবল্লিবা মহাক্লা
লাক্লবা ঐগী থোঙ্গানসিদবু?

## ২২

নূজাদুনা ঐগী নাক্তা লান্দুনা খোঙলৈ থুনা চৎখিবদা
মহাক্কী ফনেক পালোইনা শোক্লমই ঐঙোন্দা ।
থম্মোয়গী মফম খঙদবা ঈথৎ অমদগী

খণ্ডহৌদনা হৌরক্লমই বসন্তগী মকা লান্নবা ইহুন অমা
ফর ফর হাইবা অপাইবা ৱাখল অমা
লাকখি ঐঙোন্দা অদুগা মাওখি মীৎকুপ্তা
হুমদুনা পুখিবগুম শেগায়রবা লৈনাবু
লিরি হুম্বা মালংবনা ।
থোক্লরে ঐগী থম্মোয়দদি ফাওজবগুম ইকায়-নুংশি
শোক্লকপদা নূজাদুগী নৌর হকচাংনা,
অদুগা,
হায়রকপগুম মাগী থম্মোয়গী য়াৱাদু নাপ্পদা চীক্লা ।

## ২৩

মফমদুদা ফমদুনা নহাক্লা করিগী খিংদুনা
শান্নরিবা নঙগী খোঙজী,
অসুম নুংঙাইনবা শান্নবদা?
শোক্লোনে লাইজ নঙগী পাত্রদা,
ওইরক্লে মতম নঙনা য়ূমদা লাকপা ।
করিগী নৈখায়রিবা লাইজসে নঙগী খুৎশাশিংনা,
অদুগা, অদুক খোইদানা য়েংলিবনা করিগী
য়াংদৌ লম্বীদা চৎলিবা কনাগুম্বা অমদা
অসুম নুংঙাইনবা শান্নবদা?
শোক্লোনে লাইজ নঙগী পাত্রদা
অদুগা লাক্লো য়ূমদা ।

অয়ুক্কী মতমসু হৌখরে ——
লাইজদি মুরৈনবা চেহুরি অসুম ।
ঈথক ঈপোম্না হৌনা হৌনা নোকচরি, লোন্না লোন্না
ৱারীসু শান্নরি অমগা অমগা
অসুম নুংঙাইনবা শান্নবদা ।

কোয়পাই পাইরন্বা লৈচিনশিংসু পুনশিনখরে
অতিয়াগী মতাই অমদা অনকপদা উরিবা
লৈমায়গী অব্রাংবা শরুক্তা ।
মখোয়না লৈশিন্দুনা লৈরি অদুগা য়েংলি
নঙগী মায়থোঙ তম্না অদুগা মোমোন নোকই
অসুম নুংঙাইনবা শান্নবদা ।
শোক্লোনে লাইজ নঙগী পাত্রদা
অদুগা লাক্লো যূমদা ।

## ২৪

ইতাবোই, লোৎশিনগনু নশাদা
নঙগী থম্মোয়গী অরোনবা নপাউদো!
তম্মুনে মদু ঐঙোন্দা লোন্না
সুপ্নতগী ঐঙোন্দা ।

কয়াদা চীংলেম্না মোমোন নোক্লিবা নঙনা
খোঞ্জেলনা কয়াদা মেংলিবা
তাজরোইকো ঐগী নাপ্পসিনা
তাজগে ঐগী থম্মোয়সিনা ।

অহিং থেঙজিল্লক্লে,যূম যূমসু তুমিন লৈনখরে
চেক্লাশিংগী মকোনসু তূমখুন তানখরে ।
তম্মুনে ঐঙোন্দা চিংনবগী পিরাংগা ইরোইননা,
চিংনমিনোক নোক্কুনা, ইকায়গুম-ব্রাজবগুম
নঙগী থম্মোয়গী অরোনবা নপাউদো ।

## ২৫

পাখং! লাকউ ঐখোয়গী নাক্তা,
তম্মুনে ঐখোয়দা তশেং-তশেংনা
করিগী অঙাও মমি তারিবা
নঙগী মীৎস্নাদা?
'খঙজদে ঐদি কবম্বা ময়াইকাবা পোপিগী
ব্রাংলৈনা ঙাওহল্লিবা ঐবু অঙাও মমি তাবখৈ ঐগী মীৎস্নাদা
ইস ইকায়খবেদা !
অদুবু, মী খরনা লৌশিং শিংই, খবনা লৌশিং থেল্লি,
খরনা মীৎশিং-নাশিংই, খবনা চেকশিন্দে,
খবগী মীৎনা মোমোন নোকই, খবগীনা কপই,
- অদুগা অঙাও মমিদি তাবি ঐগী মীৎস্নাদা ।'
পাখং, উপালগী মখাদা উরুমদা
লেঙদনা অদুম লেপ্লিবনা কবিগী ?
'ঐগী থম্মোয়গী পোৎলুমসিনা
থাংঙমদরে ঐগী খোঙসে
অদুনা উপালগী উরুমদা
লেঙদনা লেপ্লিবনি ।'
ইস ইকায়খরেদা !
'অদুবু মী খরদি মাংদা খোঙকাপ থাংই
খবনা তুংদা লৈহৌই,
খরনা মনীং তমই, খবনা যোট্লিং থাংই,
- অদুগা ঐগী থম্মোয়গী পোৎলুমসিনা
থাংঙমদবে ঐগী খোঙসে ।'

## ২৬

নঙগী খুৎনা পীনীংনা পীবিবদু খক্তনি
ঐনা লৌজরিবা,
থোইদোক হেন্দোকপা ঐ কবিসু নিজদে ।
হোইদা, হোইদা, খঙজেদা ঐনা নঙবু,
নোল্লুকপা ভীক্ষাবী,
নিবিবসু নঙনা কনাগুম্বগী লৈজপুম্বদুনি ।

কবিগুম্বদা ঐগীদমক লৈবা থোক্লবদি
নাইতোম তাবা লৈবাং অমত্তংকা
চিনজগে ঐগী থম্মোযদা ।
কবিগুম্বদা তিম্খং য়াওবম্বা থোক্লবদি?
'ঐ অদুম্মক খাঙজগে ।'
হোইদা, হোইদা, খঙজেদা ঐনা নঙবু,
নোল্লুকপা ভীক্ষাবী,
নিবিবসু নঙনা কনাগুম্বগী লৈজপুম্বদুনি ।
অমুক্তা ওইববসু কবিগুম্বদা নঙনা
নুংশি মীৎযেং তাবিবক্লবদি ঐঙোন্দা
পেনজনি ঐগী পুক্সিসে শিবফাও ।
'কবিগুম্বদা মীৎযেংদু নুংশি হৈত ওইবম্লবদি ?'
'থমজনি থম্মোয লায়ুম্ শেগাযদুনা ।'
হোইদা, হোইদা, খঙজেদা ঐনা নঙবু,
নোল্লুকপা ভীক্ষারী,
নিরিবসু নঙনা কনাগুম্বগী লৈজপুম্বদুনি ।

## ২৭

'থাজবদি থম্মু নুংশিবদা তুংইন্নজরক্লবসু অব্রাবনা,
নঙগী থম্মোয়দু খক পীকথগনু ।'

'নত্তেদা, ইতারোই, নঙগীসি অমম্বা ব্রানি,
খঙজদে ঐদি অদুনা করি হায়রিবা ।'

'চান্নবী নঙবু, থম্মোয়দি সুপ্লতগী পীথোকখিনবনি
পিরাং অমসুং শৈশক্কা লোয়ননা ।'

'নত্তেদা, ইতারোই, নঙগীসি অমম্বা ব্রানি
খঙজদে ঐদি অদুনা করি হায়রিবা ।'
'নুংঙাইবা হায়বসি কুইদবনি লীক্লা মরীকুম্বনি,
অমুক্তং নোকথোকপদা অদুম্মক লোইজখিনি ।'
অদুবু অব্রাবগী লীচিংদি য়াম্না কল্লি, কুইনা চৎলি ।
নঙগী মীৎস্নাদা অব্রাবা নুংশিবগী মিকপ থোকহল্লু ।
'নত্তেদা, ইতারোই, নঙগীসি অমম্বা ব্রানি,
খঙজদে ঐদি অদুনা করি হায়রিবা ।'

শাৎচৈদো লৈরাং থম্বান্না কোরৌগী মঙান্দা
কেনজখি মশাপূম্বা করিশু খাকতনা,
লৈরোই খক পোমদুনা অরোই নাইদা
নিংথমগী লৈচিন-নোংফাই লক্তা ।
নত্তেদা, ইতারোই, নঙগীসি অমম্বা ব্রানি,
খঙজদে ঐদি অদুনা করি হায়রিবা ।

# ২৮

খঙনিংবনা থুমহৎলবা নঙগী মীৎস্নাদু ৱানা উরে,
হোৎনরি মখোয়না খঙননবা ঐগী ৱাহৈবু
থাজনা ওনবগুম ঈপাক ঈরেনগী অরুবদু ।

উহনখিদে ঐগী পুন্সিসে নঙগী মীত্তা
অহৌবদগী অরোইবা ফাওবা,
করিশু লোৎশিন্দ্রবসু, থৈদোক্ত্রবসু,
অদুননি ঐবু নঙনা খঙদ্রিবা ।

করিগুম্বদা মসিনা মুক্তা ওইবন্নবদি
থুগায়বমগনি ঐনা মচেৎ লিশীং লিশীং থোক্লা
অদুগা লেংলমগনি লীক্লাং পবেং ওইনা
শিবিনবা নঙগী ঙকশমদা ।
করিগুম্বদা মসিনা লৈরাং ওইবিবম্বা থোক্লবদি
পুমবুম্না পীকতকপা নুংশিবা লৈনম চেনবা
হেক্লমগনি ঐহাক্না লৈখোক্তগী
থেৎপিনবা নঙগী শমজীদা ।

থৱায়নি মসিদি, নুংশিবী !
তোর্ব্বান চাংজৌনা কৈদা,
অরুবা লৈখানা কৈদা,
খঙদেদো নঙদি লমখৈ লৈবাকসিগী,
ওইনা ওইনা মহারাণী লমদমসিগী ।
করিগুম্বদা মসিনা ওইবিরম্নবদি
হরাউ তয়াম্বগী মিৎকুপ অমা
শাৎলমগনি অচম্বা মিনোক্কী লৈরাংগুম
মদুদি নঙসু লায়না উবা ফংঙমগনি
খঙঙমগনি করিবুনো হায়বসু মিৎকুপ্তুদা ।

করিগুম্বদা মসিনা অৱা-মৈচাক ওইবিরম্লবদি
শিছুরমগনি পিরাং ওইনা  তরং তরং
উহল্লমগনি নুংগী অরোনবসু ৱাহৈনা ফোংদোক্তখে ।

অদুবু মসিদি নুংশিবনি, নুংশিবী
মসিগী অৱা-নুংঙাইদি মপান নাইদে,
লোইনাইদে মসিগী অপাম্বসু মচাক-মরনসু,
মসিদি নঙগা য়াম্না নকনৈ
নঙগী পুক্নিংগা নঙগা নক্লবমুক নকনৈ,
অদুবু মপুম ওইনদি খক খঙলোই নহাক্না ।

## ২৯

হায়বিয়ুনে ঐঙোন্দা, নুংশিবা !
নহাক্না শকখিবা ঈশৈগী ময়েক্তু
হায়বিয়ুনে ঐঙোন্দা ।
অহিংসু মমই, থৱানমিচাকশিংসু মাঙখবে
লৈচিন লক্তা, ইথক ইপোম্নবি মালংবনা
উনা-ৱানা লক্তা ।
ঐগী শম্বুলসি থাদোক্লগনি,
হিঙ্গোক মচুগী ফিজোন্না ঐগী কোয়শিনগনি
ঐগী ঙকশম তোংদমদা অহিংগী মতমগুম,
কোনশিনজনি ঐনা নঙবু ইথাদা
চীক্লা নুংশিরবা তাঙ্গাদুদা পাউমেনজনি
নঙগী থম্মোয়দা,
মীৎ চেজ্জেৎ উইশিন তাজনি ঐনা,
য়েংজরোই নঙগী মায়থোংদা ।
নঙগী ৱাদু লোইরগা, ফম্মিন্নগনি ঐখোয় অনী

মচি লেঙদখৈ বা ঙাঙদখৈ,
সুপ্নতগী উপালশিংনা হাইহন্নবগী খোঞ্জেনতা তাগনি অমম্বদুদা ।
অহিংসু শিথরক্কনি, ইন্নুংসু ঙাল্লক্কনি,
ঐখোয় অনী মীৎকা মীৎকা মীৎচান্না
চৎনখিনি তোঙান তোঙানবা লম্বীদা ।
হায়বিয়ুনে ঐঙোন্দা, নুংশিবা !
নহাক্না শকখিবা ঈশৈগী ময়েক্তু
হায়বিয়ুনে ঐঙোন্দা ।

## ৩০

নঙদি লৈচিন্নি নুমিদাংবাইগী
কোয়পাই পাইরিবা
ঐগী মঙলানগী অতিয়াদা ।
ঐগী নুংশি ঈখৌনা য়েক্লি নঙবু
মতম পুম্বদা অদুগা মকেসু শেল্লি ।
নঙদি ঐগী ইশানি, ইশানিনে,
শাথৌবনি ঐগী লোইনাইদ্রবা মঙলানগী !
ঐগী থবায়গী অপাম ঈখৌ মশেক্না
শংলে ঙাক্লামচু নঙগী খুয়া থম্বালসু
ঐগী য়াচং শৈরোই ঈশৈগী মহাউ চুপ্লিবও!
ঐগী অবাবগী বাংলৈ ময়াইনা
খানা খোইথুম্নহল্লে নঙগী চিনবানসু ।
নঙদি ঐগী ইশানি, ইশানিনে,
শাথৌবনি ঐগী নাইতোম মঙলানগী !
ঐগী অপাম-নুংশি ঈখৌ মমিনা
মমশিলহল্লে নঙগী মীৎস্নাবু,

ঐগী থম্মোয়গী মীৎয়েংবু অরু-অথেন লেপ্লিবও !
ঐগী ঈশৈনা লাং ওই, ফারেদো নঙবু ঐনা
কোনশিনজে ঐনা নঙবু নুংশিবা !
নঙদি ঐগী ইশানি, ইশানিনে,
শাথৌবনি ঐগী শিনাইদ্রবা মঙলানগী !

## ৩১

থবায়সি ঐগী, মনীংতম্মা পাইজরিবা চেক্লাসে
ফংজরে মশাগী অতিয়া নঙগী মীৎম্রাশিংদা ।
নাওশুমনি মখোয়না অযুক্কী
মরৈবাক্লি মখোয়না থবানমিচাকশিংগী ।
তিনখি ঐগী ঈশৈসু মখোয়গী অরুবা লৈখাদা ।
পাইখৎহনবিয়ু ঐবু সুপ্নগী অতিয়াদু তম্মা
চীক্লা মপান নাইদবা ।
হাংদোকহনবিদুনা ঐবু লৈচিন পোমায়
শন্দোকহনবিয়ু শাগল তূফাংসে
কোরৌ মঙান্দা অতিয়াদুগী ।

## ৩২

হায়বিয়ুনে ঐঙোন্দা, চান্নবা ওইরিদরা পৃম্নমকসিবু অচুম্বা,
হায়বিয়ুনে ঐঙোন্দা, মসিবু ওইরিদরা অচুম্বা ।
মীৎম্রাশিংসিনা লংথোরক্তুনা নোংথাং কুপ্লকপদা
অমম্বা লৈচিন মপৈ মপৈনা নঙগী নথাগী
অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ থোকহনখি ।

মসিবু অচুম্ববনে, নুংশি ৱাখলগী
অহানবা য়েন্নীং হুল্লকপদা ঙাইবিবা
লৈয়োনগুম ঐগী চিনবানসু খোইথুমনৈ ।
হৌখ্রবা শজিবু থা কয়া কয়াগী
নিংশিং ৱাখল্দু লৈহৌববনে
ঐগী হকচাং কয়াৎ খূদিংদা ?
বীনাগী মতৌগুম মালেম লৈমনা
শকখিববনে ঈশৈ তনিক তনিক্লা
ঐনা হেক খোঙদাবদা মালেমদা?
মসিমসু অচুম্ববনে, ঐবু উবদা
শিহুবকখি পিবাং মবীক মবীক
অহিংগী মীৎলুদগী,
হবাউজে ইন্নুংঙানবৈ কোবৌ মঙান্না
কোনজবদা ঐগী হকচাংদা?
মসিবু অচুম্ববনে, অচুম্ববনে,
নঙগী নুংশিবনা চৎখি নাইতোম
ঐবু থিবদা যুগ কযা কযা
তাইবংপান কযা কযা ফাওদুনা?
মমৈথংদা নঙনা ঐবু ফংজবদা,
নঙগী যুগ কযাগী নীংজবগী মহয ওইনা
ফংজখি অথোইবা শান্তী
ঐগী চীংলেম্বা ৱাঙাঙদা,
ঐগী মীৎম্রাদা চিনবান্দা,
লেঙ লেঙ চৎপা ঐগী শম্লাংদা?
মসিবু অচুম্ববনে, মপান নাইদবদুগী
অঙকপা মতিক-মঙমদু ইবিনে
পীক্লবা ঐগী লাইবকসিদা?
হায়য়ুনে ঐঙোন্দা, চান্নবা,
ওইরিদবা পূম্নমকসিবু অচুম্বা ?

## ৩৩

নুংশিজৈনে ঐনা নঙবু, চান্নবা,
ঙাকপিয়ুনে ঐবু নুংশিরুবগী ।
লম্মুক্লরবা চেক্লাগুম থুরে ঐসে নঙগী নুংশি লাংদা ।
থম্মোয়সে ঐগী নিকপদা নাছুখরে মায়খুমফি
ওইরে ফি থোংদবা,
কুপশিনবিয়ুনে মীনুংশিনা, চান্নবা,
ঙাকপিয়ুনে ঐবু নুংশিকুবগী।
করিগুম্বদা নুংশিবিদ্রবা নঙনা ঐবু, চান্নবা,
কনবিয়ুনে ঐগী চৈনাসি ।
য়েংবিরক্কনু ঐবু চিংনমীৎয়েংনা অবাপ্পদগী,
হনজখিনি তুমিন্না ঐগী মফমদুদা
অদুগা ফম্মুনি অমম্বদুদা ।
ইখুৎ অনীসিনা খনজনি শাথীনা ইকাযবদু ঐগী
মায়থোংদো নঙগী ওছোকপিখো ঐঙোন্দগী,
চান্নবা, অদুগা কনবিয়ুনে ঐগী চৈনাসি ।
কবিগুম্বদা নুংশিবিববা নঙনা ঐবু, চান্নবা,
ঙাকপিযুনে হবাউজকুবগী ।
নুংঙাইবগী ঈচাউনা করিগুম্বদা চেছুখিবা
থোক্লবা ঐগী থম্মোয়সে, নোক্লবিগনুকো
ঐগী মথোঙ হুক্তবা চেকশিন্দবা মতৌদুদা ।
কবিগুম্বদা তাংবনথক্তা ফম ঐনা
থৌদা ব্রায়েল্লবা মতমদুদা নঙবু
ঐগী তমথীনা নুংশি খম্বনবগা লোয়ননা,
লাইরেম্মা অমগুম য়াবিরবা ঐনা
থৌজানবিগে নঙবু,
মতমদুদা খাঙবিয়ুকো ঐগী নাপন্দু, চান্নবা,
ঙাকপিয়ুনে ঐবু হরাউজরুবগী ।

## ৩৪

চৎপিখিনু নুংশিবা, তাক্লমদনা ঐঙোন্দা ।
শঙজরিবনি অহিং চুপ্পা মিশেন খাঙ,
হৌজিক্তি ঐগী মীৎসে তূমনিংবনা মুল্লে ।
কিজেনে ঐদি চৎখিগদরা নঙসে
    তূপ্লিঙেদা ঐনা ।
চৎপিখিনু নুংশিবা, তাক্লমদনা ঐঙোন্দা।
য়াওনজে ঐনা তিংথোকচৈ ইখুৎসি
শোকচনবা নঙোন্দা,
হংজে ইথন্তা, 'মঙলানরনেসিবু?'
ঙমজরবদি খুরৌবু লৌশিনসিরা নঙগী নখোঙ থম্বান্দো
ঐগী থম্মোয়সিনা অদুগা চেৎনা কোনসিনসিরা ইথানুংদা !
চৎপিখিনু নুংশিবা, তাক্লমদনা ঐঙোন্দা।

## ৩৫

ঐনা নঙবু ইরায় লায়না খঙখিদনবা
শান্নে নঙনা ঐগা লোয়ননা ।
নঙগী মীনোক্লা শুমহৎলি মীৎম্নাসি ঐগী
লোৎশিন্নবা নঙগী পিরাং ।
ঐ খঙজেদা, খঙজেনে নঙগী মহৈদো ।
হায়দে নঙদি খক হায়দৌ ব্রাদু ।
ঐনা নঙবু মনা পিদনবা
থৈদোকই নঙনা ঐঙোন্দগী লম্বী লিশীং লিশীংদা
ঐনা নঙবু লায়না খনদোকপা ঙমজনবা
মীয়াম মরক্তগী, লেপই নঙনা মতায়দা ।
ঐ খঙজেদা, খঙজেনে নঙগী মহৈদো ।
চৎতে নঙদি খক নঙনা চক্তৌ লম্বীদা ।

নঙনা পীয়ু তানবদি হেল্লিদো য়াম্না অতৈদগী
অদুনা নঙদি তুমিন্না লৈথোকই ।
থৌশা ৱাশাদখে লৌবিদে ঐগী খুদোলসু ।
ঐ খঙজেদা, খঙজেনে নঙগী মহেদো ।
লৌবিরোই নঙদি খক লৌভম থোকপদু নঙনা ।

## ৩৬

মহাক্না হায়রমই নাপ্পদা চীক্লা,
'নুংশিবি, অমুক্তা হাইগৎলকউ মীৎস্নাদু' ।
ঐনা মাবু চৈরম্মী থীনা অদুগা হায়রমই, 'চৎখরো'!
অদুবু করিসু নাচুংখিদে মহাক্তি ।
মহাক লেপ্লমই ঐগী মাংদা অদুগা
পায়শিল্লমই ঐগী খুৎ অনীসে ।
ঐনা হায়রমই, 'থাদোকউ চৎখরো !',
অদুবু মহাক চৎখিরমদে ।
ঐগী নাপ্পা নক্না চংশিল্লক্লমই মহাক্না
য়েংজরমই মাবু ঐনা অদুগা হায়রমই,
'কয়াদা ইকায়বা খঙদ্রিবা !'
অদুবু মঙোন্দা করিশু ফাওরমদে ।
চুপ্লমই মহাক্না ঐগী খজাইদা,
ঐ ইশাসি নিক্লমই অদুগা হায়রমই,
'থৌনা ফরেদকো নঙসে'
অদুবু মহাক্তি করশি ইকায়বা খঙলমদে ।
ঐগী নাপ্পদা চিনবিরমই মহাক্না লৈরাং অমা ।
ঐনা হায়রমই, 'কান্নরোইদা !'
অদুবু মহাক্তি লেপ্লমই লেঙদনা ।
ঐগী ঙকশমদগী লৈপরেংদো
লৌখিরমই মহাক্না অদুগা চৎখিরমই ।
ঐ কপ্লমই অদুগা হংজে পূক্লিংদা,
'করিগীনো মহাক্না হল্লক্ত্রিবা ?'

## ৩৭

শকহেনবী, নঙগী তগৎ তগৎ তেকপা লৈপরেংদু
হুকপিগদরা ঐগী ঙকশমদা?
নত্তে, মসিমদি খঙজিনবিয়ু ঐনা লেংজপ্লিবা
লৈপরেংদুমদি ময়ামগীনি,
মশেন মরান উরিবশিংসিগীনি,
নত্রগা শকখঙনদ্রিবা লমদমশিংদা লৈবা মীওইশিংগীনি,
নত্রগা কবিশিংগী শৈরোলদা শৈথারিবা মীওইশিংদুগীনি ।
নঙনা থম্মোয়গা থম্মোয়গা শিন্নসি
হায়বা তারবদি মতমসি থেঙমনখরে ।
লৈবমই মতম অমা ঐগী পুক্সিসি
পোমশাৎনবা লৈবাংগা পাঙখক ওইবা,
মতমদুদদি লৈজরমই লৈনম পুম্বসু
লৈকানুংদা তূংলদুনা ।
হৌজিক্তি শন্দোকখরে লৈনমদু মফম খূদিং থুংনা ।
কনানা খঙবা শুমহৎয়াই অমনা মসিবু অমুক
ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমখিগদরা ?
নত্তে, ঐগী থম্মোয়সিদি পীথোকনবা অমখক্তদা,
পীথোক্লবনি মসিদি মযামদা ।

## ৩৮

হে নুংশিবা, মতম অমদা নঙগী কবিনা
শাগৎচখি থম্মোয়নুংদা চাউরবা
মহাকাব্য অমগী মঙলান।
অৱাবনি, ঐ থৌশারমদে, মঙলান্দুনা য়ৈরুই
নঙগী খোঙজীগী জ্রিং জ্রিং লাউবা খোঞ্জেন্দা

অদুগা তেংথারমই ।
কায়রমই মদু মচেৎ মচেৎ অদুগা ওইরকই
ঈশৈগী মতৎ মতৎ তৎলবা ময়েকশিং
অদুগা শনখি চোইজাইননা
নঙগী নখোঙ থম্বান্দা ।
ৱারীশীংবুন পুম্নমক্কু থাইনগী লান কয়া কয়াগী
হাইরম্মী ঈথক ঈপোমদা চোৎলমই পিরাংতনা
অদুগা লূপখিরমই ।
হে নুংশিবা, ফংহনবিয়ুনে মাঙখ্রবা ঐগী ইপোৎ ইরনশিংদু ।
পিবিদ্রবসু ঐনা তানজবা শিনাইদবা মিংচত্তু শিরবা তুংদা,
ওইহনবিয়ুনে ঐবু শিনাইদবা ঐনা হিংলিঙেসিদা ।
অদু ওইরবদি তেংথাজররোই ঐগী মাঙখিবগীদমক
অদুগা মরালসু শিজররোই নঙবু ।

## ৩৯

অয়ুক চুপ্পসি হোৎনজরমই ঐনা লেংনবা
লৈপরেং অমা, অদুবু লৈরাংশিংদো হেক্তা নাছখি
অদুনা খন্দোকই পরেং লেংবদগী ।
অদুবু য়েংলি নঙদি ফমদুনা তুমিন্না
খঙগন উগল্লবা নঙগী মীৎম্নানা ।
হংজরিবসিনি মীৎম্নাশিংদুদা,
অমম্বদা মথোং হক্তবা খুজিন থৌরাংসি লাঙলিবা,
কনাগী মরাল ওইরিগবা মসিবু ।
ঈশে শক্লবা হোৎনজে ঐনা
অদুবু অরেম্বদা তাদুনা তোকই ।
লোন্না মোমোন নোকপিখিবগী চিনবান লেঙখিবা উজে
হংজনিংই অদুনা ঐনা ঈশে শকপা ঙমখিদবগী মরমদু ।
হায়হনজনিংই নঙগী নোকমি নোকমিবা চিনবান্দুনা ৱাশক্লুনা,
ঐগী খোঞ্জেন্না করম মাঙখিবা অচীকপদা,

ময়াই কারবা খোইমুগুম থম্বাল লৈহী চুপ্পুবদা ।
য়াচং মতম ওইশিল্লক্লে, লৈনাশিংসু লৈরাংগী
উমশিল্লকপা মতম ওইরক্লে ।
য়াহনবিয়ু ফমজবা ঐবু নঙগী নাক্তা
পীবিয়ু নয়াথং শোনজনবা ঐগী চিনশিনা
শোনজবা য়াবা তুমিন্না,
মল্লি মল্লিবা থব্রানমিচাকশিংগী মঙান্দা ।

## ৪০

থাজদবগী মিনোক অমা পাইরকখি নঙগী মীৎম্নাদা,
ঐনা নঙোন্দগী কায়না য়াথং লৌজগে লাকপদা ।
ঐনা অসুম্না তোয়না তৌবনিনা
নহাক্লসু ঐসে য়াম্না থুনা হল্লক্কদৌবোই খল্লিদো ।
শেংনা হাযজববদা ঐগী থম্মোয়দসু চিংনবা অদুম্মক লৈজে ।
মরমদি যেন্নীং থাগী মতমসু লাকই হন্না হন্না ;
থানিলগী থাজসু লৌখি কায়না যাথং
অদুবু লাকই অমুক মথংগী খোঙচত্তা,
লৈবাংশিংসু লৈশাৎ তল্লে অযুক্তা তঙাং তঙাং লৈখোক্তা
চহী অমগী মথংদা চহী অমদা ,
অদুনা ঐনা লৌজরিবা কায়না য়াথংসি
অমুক হল্লক্লবনি নফমদা হায়না লৌবিরমগনি ।
মতম খরদি মায়া অসি লৈজখিসনু ;
মসিবু হাথু হাথু হেক থাদোকখিগুমসি ।
করিগুম্বদা ঐনা হায়জরবা নঙোন্দা,
কায়নরবনি নঙসে মতম পূম্বগী ওইনা,
লৌবিয়ু মদু অচুম্বনি, মতমদুদা
মিৎকুপ অমত্তা ওইরবসু পিরাংনা থুমহৎখিদুনা
নঙগী মীৎম্নাশিংদু থোইনা মমশিনগনি ।
করিগুম্বদা ঐনা অমুক হল্লকপা মতমদদি
নোকপিয়ু ঙম্বমখৈ ফাগি-ফরাং তৌদুনা ঐবু ।

# ৪১

পামজৈনে হায়জবা ঐনা নঙোন্দা হায়গদবা ৱাশিংদু
খ্বাইদগী অরুবা ৱাহৈনা, অদুবু ঙমজদে খক,
নঙনা নোক্লখিনি কিজদুনা ।
নোক্লজৈ অদুনা ঐ ইথন্তবু অদুগা ঐগী
অরোন অথুপ পূন্নসু ফাগি তাদুনা তোকই ।
ঐগী অৱাববু য়াংনা উহল্লি,
কিজদুনা নঙসু ঐগুম ৱাখিনি ।
পামজৈনে হায়জবা ঐনা নঙোন্দা হায়গদবা ৱাশিংদু
খ্বাইদগী অচুম্বা ৱাহৈনা, অদুবু ঙমজদে, খক
নঙনা থাজবিখিরোই কিজদুনা ।
অদুনা লোৎশিল্লি ঐনা অচুম্বদু শাশিন্নদুনা চুমদবা,
ঐনা হায়গদবদুগী ওন্ন-তৈনবদু হায়দুনা।
ঐনা ঐগী অৱাববু তিংগাংকোক ওইনা উহল্লি,
কিজদুনা নঙসু ঐগুম ৱাখিনি ।
পামজৈনে ঐনা শিজিন্নবা, নঙোন্দা হায়গদবা ৱাশিংদো
খ্বাইদগী মমল য়াম্বা ৱাহৈনা, অদুবু ঙমজদে খক,
নঙনা চপ চাবা মমল পিবিরোই কিজদুনা ।
অদুননি ঐনা নঙবু অথীবা মিংগৌনা কৌরিবা
অকন অরিং শীংলিবা ।
ঐনা নঙবু নুংঙাইহন্দে, অৱাবা হায়বসি
নঙনা খক খঙপ্পরোই কিজদুনা ।
পামজৈনে ঐনা ফমজবা তুমিন্না নঙগী নাক্তা
অদুবু ঙমজদে খক, ঐগী থম্মোয়গী
অরোন অথুপসি চিনথোক্লকনি কিজদুনা ।
অদুননি ঐনা ইচম চম্না পঙাঙদা ঙাঙলিবসি
ৱাহৈ ৱাতা কয়ানা লোৎশিন্দুনা ঐগী থম্মোয়সি ।
ঐনা ঐগী অৱাবসি পঙখাংদা খাংজৈ,

কিজদুনা নঙসু ঐগুম ৱাখিনি ।
পামজেনে ঐনা চৎথোকখিবা নঙগী নাক্তগী
অদুবু ঙমজদে খক, ঐগী পাঙদবা মতৌসি
নঙনা খঙখিনি কিজদুনা ।
অদুননি ঐনা কবিশু থৌশাদনা ইঙক থাঙত্তুনা
নঙগী নমাংদা লাক্লিবা ।
নঙনা তোযনা মীৎযেং চংবিবকপনা ওইহনবিবে
ঐগী অৱাবসি ইনৌদ নৌবা মতম পূম্বদা ।

# ৪২

হে অঙাওবা, থোইদোক হেন্দোক্না নেশা পাল্লবা ;
কবিগুম্বদা নঙগী থোঙ অদু কাওথোক্লগা মপান্দা থোবক্তুনা
নঙগী অপঙবদু মীযামদা উৎলববা ;
কবিশুম্বদা নঙনা অহিং অমদা নঙগী শেঙ্গাওগী শেলপূম্বা
খবচ তৌথোক্লবা অদুগা তুংগী চেকশিন থৌবাংবু
কবিশু লৈতনা লৌববা ;
কবিগুম্বদা নঙনা চৎলবা মীনা ঙক্লববা লম্বীদুদা
অদুগা পাংথোক্লবা কান্নদবা থবক কযা,
অচুম অবান্না কবিনো থৌশাদখৈ,
কবিগুম্বদা নঙনা নোংলৈ নুংশিৎকী মাযোক্তা হিগী
পাল অদু খনদোক্লবা অদু ওইববদি
হিমায চুম্নবা খুৎলাই অদু অনী থোক্না খাযদোকপনি,
মরুপ, অদু ওইববদি, ঐ নঙগী তুং ইনগনি,
নেশাদা লূপকনি অদুগা মাঙজখিগে লৈখা তাদুনা ।
লৌশিং শিংবা ঈংতপ্লবা যূমলোন কৈবোন্নবা কযাগা
তিন্নবদগী অহিংনা কয়া নুংথিলনা কযা মাঙহনখবে ঐনা ।
খঙমন উমনবদগী ঐগী শল্লাংসে লোইনা পোকওম্থোকখবে,
কা হেন্না য়েংমনবদগী ঐগী মীৎসু মশেন মবানতা উবক্লে ।
চহী কয়াসি ঐনা পোৎথী-পোৎকুম কয়া

তাশিন খোমজিল্লক্লি,
মখোয় পুম্নমক্কু চপখায়বো, জগোয় শাবো
মখোয়গী মথক্তা নেত্তুনা, চাইখায়রো,
নুংশিত্তা পাইহন্‌খরো ।
মরমদি খঙঙি ঐ নেশা পাল্লবা মীওই অমনা শিংবা
লৌশিংগী অরোইবী থাক্লি মসিনা
অদুগা মাঙজখিবদুনি লৈখা তাদুনা ।

চিংনবগী ফত্রবা ব্রাখল পূম্বা মাঙখ্রসনু,
ঐসি তুংগী আশা থম্বা য়াদখে লম্বী মাঙখ্রসনু ,
খঙহৌদনা নোংলৈ-নুংশিৎকুম কল্লবা কোকঙাওবা অমা
লাক্কুনা হুমদোক্লসনু ঐবু চেৎনা লেপ্লিবা লৈমাযসিদগী ।
তাইবংপানসি মতীক চাবা মীওইশিংনা পিক থল্লি,
শিনমীশিংনা, হে-শিংলবা মীওইশিংনা ।
মীওই খরদি য়াম্না লায়না মীকোক থোংই,
খরনা ঈংনা তপ্না মতুং ইল্লি ।
মখোয় খুদিংমক নুংঙাইসনু চাউখৎসনু,
অদুবু ওইজগে ঐদি পঙবদগী পঙবা কান্নদবা হাযবদু ।
মরমদি খঙঙিনে ঐ নেশা পাল্লবা মীওই অমনা
পাংথোক্কুবা থৌদাংশিংগী পচ্ছুংদি
মাঙজখিবদুনি লৈখা তাদুনা ।

ব্রাশাকচবিবসিনি ঐনা কখোকচনবা মিৎকুপসিমক্তদা
ঐনা ফংফম থোকপশিংদু লৈবাক মচা তাবশিংদুদা ।
মাঙখ্রসনু লেমজফম থোকপদু ঐনা ইহে-ইশিং হৈকবগী
অচুম অরান খঙবা ঙম্বগী ।
থুগায়রগনি ঐগী নীংশিং-পাত্রসু,
অরোইবা পিরাং মরীক শিচ্ছদুনা ।
অঙাংবা বেরীগী কোঙ্গোন কারবা ব্রাংলৈ অথুম্বদা
লুপশিনগনি ইশাসি হেন্না মকা লাম্না নোকপা ঙমজনবা ।
লৈবাক মচা তাবগী খুম্নুং চংবগী খঙনবা খুদমদু
শেগায়রনি ঐনা মচেৎ মচেৎ তানা মতমসিদা ।
ব্রাশক্কনি ঐনা লাইমক য়েংদুনা মীরেম হায়বদু ওইজগে,
লুপচগে নেশাদা মাঙজখিগে লৈখা তাদুনা ।

## ৪৩

মরুপলোই খ্বাইনা হায়বিনিংবদা হায়বিয়ু
অদুবু ঐদি ওইজরোই লাইনিংবা ।
ওইজরোইনে ঐদি লাইনিংবা নূজা মহাক্না
লোয়ননা ব্রাশকমিন্নদ্রিবমখে ।
মসি ঐগী অচেৎপা ব্রাশক্লি করিগুম্বদা ঐনা
ফংদ্রবা নে তানা লেল্লুবা য়াবা মফম অমা,
অদুগা লাইনিংবদা খোঙবু ওইননবা লোয়নবী অমা,
অদু নৎত্রগদি ঐ লাইনিংবা ওইজরোই ।

নত্তে, মরুপলোই, থাদোকলোইনে ঐনা কৈদৌনুংদা
ঐগী ইরানসে, ফুঙ্গাসে, খক লৈঞ্জরুরোই
অচীকপা উমংগী পুন্সিদু, হরাউ-তয়াম মীনোক্না
ঈথক ঈপোম্নদ্রবা অকোয়বদুদা,
গেরুব্রা মচুগী ফিজোন অমত্তা
নুংশিত্তা হাইবা উদ্রবা মফমদুদা,
খোন্নাইদবা ব্রাঙাঙনা ফাওবা হেন্না চীকহনবা
ঙমদ্রবা অচীকপদুদা
ওইজরোই ঐদি লাইনিংবা ।

## ৪৪

ইকায়খুম্নজরবা ইবুংঙো,
ঙাকপিয়ুনে পাপ চেল্লবা ঐখোয় অনীবু ।
ঙসিদি বসন্তগী মালংবসু শিৎলি শুক্না মম্বা
নোংলৈ-নুংশিৎ ওইনা, হুমদোক্লুদুনা উফুল-ব্রাইফুল
অকংবা উনা-শিংনা, মখোয়গা লোয়ননা

## মালি

মাঙখরে লোইনা নঙনা তম্বীবা পারাসু ।
হায়বিগনু পম্বৌও, পুন্সি হায়বসি মমল য়াওদবনি ।
মরমদি অমুকখক য়াননবা অমা লৈখরে অশিবগা,
য়াইফ পূংজা খরতনি ঐখোয় অনীবু ওইহনবিগদবা শিনাইদবা ।
করিগুম্বদা নিংথৌগী খোঙমী-লাম্মী লাক্কুনা
ঐখোয়দা তমথীনা ফু-চৈবা তৌরক্কবসু
তঙাইফদনা ঐখোয়গী ইঙকসি হাইদুনা হায়জগনি,
ইচিন-ইনাওশা, ঐখোয়দা নখোয়না অপনবা পিবিরে ।
করিগুম্বদা নখোয়গী নিন-খোংবা কুম্মৈসি
উৎতবা য়াদে হায়রবদি, চৎপিখরো নিন-খোংলবা
লাম্মী তেঙ্গোলসি মফম কৈদনো অমা ।
মরমদি অপাইবা মীৎকুপ খর খক্তগীনি
ঐখোয়বু শিনাইদবা ওইহনবিরিবা ।
করিগুম্বদা নুংশিবিবা মরুপ মপাং কয়া লাকপিদুনা
ঐখোয়গী নাক্তা কোয়শিল্লরবা,
মখোয়বু নোল্লুক্লা ইকায় খুম্নবা উৎচগনি
অদুগা হায়জগনি মখোয়দা,
অসিগুম্বা কা হেন্না লাইবক ফবা খুদোং অমা ফংজবিবসে
ওইরে ঐখোয়দদি হৈনদবা অমা ।
ঐখোয়না লৈজরিবা মপান নাইদবা অতিয়াসে লম য়াম্না চিল্লি ।
বসন্তগী মতমদা লৈরাংশিংনা চবুল চবুল শাৎলি,
মথৌ চিনবা খোইমুশিংগী শাগল তূফাংসু থেংজিন্নৈ অমগা অমগা ।
অপীকপা ঐখোয়গী লাইরৈবাকসে লৈজরিবা
শিনাইদবা ঐখোয় অনী খক্তা,
ওম্থোক্লসু পীকপ্লবা হায়বদুনি ।

## ৪৫

তাইবংপান মপুগী খোঙথাংগা শীংনগদবা
মখোয়গী খোঙ্গুলসু মুথৎলমগদবা অতিথিশিংদুদা ।
কোনশিনজৌ নখোয়গী নথাদা মোমোন মিনোক্কা লোয়ননা
অরায়বা, অচম্বা অদুগা নক্কবা হায়বদুমখৈ ।
ঙসিদি ভুতশিংগী কুম্মৈ নুমিৎনি করম্বা মতমদা শিগনি খঙদবশিংদুগী ।

ওইহল্লু নঙগী মীনোক্তু অর্থ য়াওদবা হরাউ মীনোক
ঈথক ঈপোমদা থাবন্না য়ৈবগুম ।
শাহল্লু জগোয় নুংঙাইনা নঙগী পুন্সিদু মতমগী তোর্ব্বান্দা
উনা মতোন্দা পকপা লীক্লাগুম ।
চিংঙু নঙগী বীনাগী চৈজীংদু মীৎকুপকী ওইবা অঙকপা তাহ্বাদা ।

## ৪৬

ঐবু থাদোক্লম চৎখিদো নঙদি,
নঙগী লম্বীদা ।
খঞ্জেদো ঐনা তেংথাশিরা নঙগীদমক,
থম্মোয়নুংদা লাৎচশিরা নঙগী
ঈংনা-চীংলেম্বা শক্তমদো
রসনা থল্লবা ঈশৈদা শৈথাখিবদো ।
আঃ অদুবু লাইবক থীবা হায়বদুনি,
মতমদি লৈরক্তরে ।
মথোক কারকপা পুন্সি শক্তমদি
চহী চহীগী অসুম শিথরকই ,
বসন্তগী নুমিৎসু ওইখি মীরোৎ,

লৈখোক লোয়রবা লৈরাংশিংসু কেনজখি মদোম,
অখণ্ড-অহৈশিংনা হায়বী ঐঙোন্দা
থম্মা থক্কী লাইজ ঈরীক্লি পুন্সিদি ।
ঐঙোন্দা তুংয়ান ওনশিল্লবী মহাকপু য়েংলগা
পূম্মকশি কাউথোক্লশিরনে ঐবু ?
মদুসু হৌন-খণ্ডদবা, ব্রাখন থেনবা ওইনিদো,
অদুবু মতমদি লৈরক্তরে ।

ফরে অদু ওইরবদি, লাক্লসনু নোংজুগী অহিংশিংদো
তপ তপ হায়বা থোঙথাংগা লোয়ননা,
নোক্লসনু মোমোন মীনোক,
সনা মচুগী নীংথিজরবা নাকেছ্বাসু লাক্লসনু,
চেকশিন্দ্রবা শজিবু নঙসু লাক্লো
শুমহৎলরো নঙগী নীংথিজরবা মায়থোংদুনা মফম খূদিংদা ।
লাক্লো নখোয় লোইনা, নঙসু নঙসু ।
নুংশিবশা, খঙলেদনা ঐখোয় লোইনা শিগদবা ভাক্তনি ।
অসিবু হৌনবরনে নূজা-কনাগী থস্মোয় হুরানখি হায়বগীদমক
পাখং মহাক্কী থস্মোয় কায়হনবসিবু ?
অদুবু মতমদি লৈরক্তরে ।

নখোয় পূম্মকসিনি ঐগী তাইবংপান হায়ববু
ব্রাখন মঙলান্দা তাউ শৈরেং ইবনদুম
মচি অমদা ফম, নুংঙাইজনি ঐদি ।
কনাগুম্বনা পূক্লিংগী অব্রাবসি থেমজিল্লোই
খাঙগদবনি নীংলিবদু থৌনা ফবনি ।
তনৌ-তনৌবা মায়থোং অমনা মূনা য়েংলক্লি ঐগী থোঙ্গান্দা,
মহাক্লা য়েংথোরকপদা ঐগা মীৎচান্নরুই ।
মীৎকী পিরাংসে তৈথোক্লগা অনৌবা শৈশক অমা
হোংদোকপা নত্তনদি ঐগী করি উপায় লৈররোই ।
অদুবু মতমদি লৈরক্তরে ।

## ৪৭

করিগুম্বদা লৈজরবদি নঙগীসু ঈশৈ
ঐগী ঈশৈসি শক্লরোই ।
করিগুম্বদা পোত্থাহন্দ্রবদি মসিনা নঙগী থম্মোয়বু,
মীৎম্লাসিনা ঐগী য়েংজরোই নঙগী মায়থোংদা ।
করিগুম্বদা মসিনা খঙহৌদনা নঙবু খংপ্রেক খংহল্লবা
চৎলিঙৈদা নঙনা, অদু ওইহরবদি থৈদোকচনি মতায়দা
চৎচনি অতোপ্পা লম্বীদা ।
করিগুম্বদা মসিনা চমম্লবা পোকহল্লবা
নঙবু লৈপরেং লেংলিঙৈদা, চৎচনি ঐনা
থাদোক্কুনা চীক্লবা নঙগী লৈকোনসি ।
করিগুম্বদা মসিনা ঈথক-ঈপোম চাউনা
হৌহল্লবা লাইজসে লাক্ল-ফানা ঙমদখৈ,
হোনজরোই ঐগী ব্রাকয়ৈ হিসে নঙগী হিদেন্দা ।

## ৪৮

হে নুংশিবা ! থাদোকপিয়ুনে ঐবু নঙগী নুংশি লীপুন্দগী
পামজদরে অমুক ফাজিনবিবসে নঙগী নুংশি চিনচুপ্লবগী ময়াইনা ।
নুংশিবগী খোইথুম্লরবা মনমসিনা চনিংতানা শ্বর হোনবা ফাওবা ঙমজদ্রে
ঐগী থম্মোয়সে ।
হাংদোকপিয়ু থোঙদু লাওনা, চংহনবিয়ু
অয়ুক্কী কোরৌ মঙান্দো ।
পৃমঙাও ঙাওরে ঐদি নঙোন্দা,
নঙনা নুংশি শারাক তম্বদা ।
থাদোকপিরো ঐবু নঙগী নুংশি লাংদগী,
ওইহনবিরোনে অশেংবা তাইবংমী
ঙমজনবা কখোকচবা নফমদা
অফা-অপুন লৈত্রবা ঐগী থব্রায়সে ।

## ৪৯

মখূৎ অনীদু পায় নূজাদুগী কোনশিনজৈ ঐনা মাবু ইথানুংদা
হোৎনজৈ ঐনা খূবাম থন্না লৌজগে নুংশিবদু মাগী,
হুরানজগে মাগী নুংশি মীনোক্তু চুপচদুনা মাগী মায়থোং,
য়েংজগে ঐগী মীৎম্নাসিনা মুরৈনবা মাগী মীৎম্নাদু ।
আঃ অদুবু কৈদনো ?
কনানা ঙমগনি খায়দোকপা শংবান্নবগা অতিয়াগা ?
হোৎনজৈ ঐনা ফাজগে ফজবদু ,
অদুবু নাম্বোকখি হেক্তা ঐঙোন্দগী
পায়জরুই ঐনা সুপ্নগী হকচাংদদা ।
ঐ হম্লক্লমই নীংবা কায়বগা লোয়ননা চোকথরদুনা ।
থম্মোয়না হেক্কদবা লৈরাংবু করম্না হেক্কনি খুৎসিনা ।

## ৫০

হে নুংশিবা, অহিং নুংথিল অনীদা
থব্রায়সিনা ঐগী ঈথৌ লাংজৈ নঙতবু উন্ননবা
-পূম্নমকপু উমশিনবা ঙম্বা অশিবগা উন্নবগুম ।

হুমদোকপিয়ু ঐবু নোংলৈ নুংশিৎনা হুমদোকপগুম,
লৌশিনবিয়ু ঐগী লৈজ পূম্বসু,
নমদুনা হৌদোকপিয়ু ঐবু তূম্বদগী, হুবানবিয়ুনে ঐগী মঙলানসু ;
মুনবিয়ু ঐগী তাইবং পুম্নিসু ।
ইরন-ঈরান তাক্লবা ফিভমদুদা,
ইকোক-কোক্লা থব্রায় খক্তা ঙায়রবা মতমদুদা
ওইসিকো ঐখোয় অনী অমত্তা ফজবদুদা ।

অব্রাবনি, অরেম্বদা ঐনা ঈথৌ লাংলুরিবা !
হে ঈশ্বর, মফম কৈদবু ফংলুগবা
অনীগী অপুনবা শকতমসে, ইবুংঙো নঙোন্দা নত্তনা ।

## ৫১

অদু ওইরবদি শক্লো শৈরোই ঈশৈদো
চৎলশি ঐখোয় মফমসি থাদোক্কুনা ।
কাউথোকলো অহিংসি অহিংনা হৌখ্রবদা ।
কনাবু ওইবিগবা ঐগী পাম্বোমসিনা কোনশিনগে হোৎনকবিবা ?
মগুলানবু কনানসু বন্দী ওইহনবা ঙমলোই ।
ঈখৌ লাংলবা ঐগী খুৎশাশিংনা কোনশিনজৈ অহাংবদা
ঐগী থৱায়বু অদুগা চৈনা ফাওহল্লি ঐগী থম্মোযবু ।

## ৫২

থাউমৈসিনা করিগী মুৎখ্রিবা ?
ঐগী ফিজিনা খনজকবে মালংবগী শউমবু,
অদুনা ওইবা তাই থাউমৈসিনা মুৎখ্রিবা ।
লৈবাংনা কবিগী লৈমন চল্লিবা ?
নুংশি ঈখৌ লাংদুনা কোনশিনজকই ঐনা থম্মোযদা,
অদুনা ওইবা তাই লৈবাংনা লৈমন চল্লিবা ।
ঈশিং খোংসিনা কবিগী কংখ্রিবা ?
ঈচেন্দু মবক থত্তুনা শেম্মুবে ঐনা থিঙেন অমা
ঐগী শিজিন্নবা ঈশিং যোক্লবা,
অদুনা ওইবা তাই ঈশিং খোংসিনা কংখ্রিবা ।
বীনাগী মবীনা কবিগী তৎখ্রিবা ?
হোৎনকবে ঐনা খোঙ্গাং অমা হাপ্লবা
নমফুদা মাগী শক্তিগী ব্রাংমদা,
অদুনা ওইবা তাই বীনাগী মবী তৎলিবা ।

# ৫৩

করিগীদমক নঙগী মীৎয়েং অমনা ঐবু অসুক ইকায়বা পীবিরিবা
লাকচবা নত্তে ঐদি ভীক্ষারী ওইনা ।
মীৎকুপ খরতগী লেপচরম্ব্তনি নঙগী ইথ্নোল মতোন্দা
লৈকোনগী শম্বলৈ পরেং ব্রাংমদা ।
করিগীদমক নঙগী মীৎয়েংঅমনা ঐবু অসুক ইকায়বা পীবিরিবা
হেকচখিদে গুলাপ অমা ফাওবা নঙগী লৈকোন্দগী,
উহৈ অমফাওবা পৎ থৎচখিদে ।
ইচম চম্না ঙাইহাক পোত্থাজবতনি লম্বীগী মতায় উকমদা
শকখঙদবা লম্বী চৎপা কনানা লেপ্পবগুম ঐসু ।
হেকচখিদে গুলাপ অমা ফাওবা ।

অদুবু, ঐ খোঙ থাংবা থোক্লমদে, নোংসু খিকথবক্লমই ।
হাই হুমলিবা উশা-ব্রাশাশিংদগী মালংবগী শঙম ফাওবক্লমই ।
লৈচিনশিংনা অতিয়া লান্দুনা পাইরমই,
মায়থীববা লাম্মীনা চেনবগুম ।
ঐ খোঙ থাংবা থোক্লমদে ।
খঙজদে ঐদি নঙনা ঐবু করি খল্লিবা,
অদুগা নঙনা ঙাইরিবনা কনাবুনো থোঙ্গান্দা লেপ্তুনা ।
নোংথাং অমুক অমুক কুপ্পকপদা মীৎশিংনাশিংলবা নঙগী মীৎম্রাবু থকহল্লি ।
ঐনা করম খঙবা ঙমগনি নঙনা ঐবু উবমগনি অমম্বদা লেপলিবা ঐনা ।

খঙজদে ঐদি নঙনা ঐবু করি খল্লিবা ।
নুমিত্তুমা হৌখরে, মিৎকুপ খরদি নোংসু লেপখরে ।
থাদোক্লম্লবনি উপানগী উরুমসু নঙগী লৈকোন মতোনগী,
তিঙ্গোয় ফিদাদুসু ঐনা ফম্লম্বগী ।
মমশিল্লক্লে হৌজিক্তি, চারগী পৌরোন থাজিল্লো নঙগী থোঙ্গানসু
চৎলে ঐসু ।
নুমিত্তুমা হৌখরে ।

## ৫৪

কৈথেল খম্নব্রবা থেঙলবা নুমিদাংসিদা
নখুত্তা থুম্মোক পায়দুনা হাথু হাথু চৎলিবনা কৈদনো ?
মী পৃম্নমক ময়ূম মাইকৈ পাংনরক্লে মাগী মাগী কোকথোংগা লোয়ননা,
থাজনা মূনা য়েংলক্লি উপান-ব্রাপানশিংগী মথক্তগী ।
খেব্রা লাননবা কৌনবগী খোম্থাংনা অমম্বা ঈশিং লান্দুনা
অরাপ্পদা লমঙানুশিংনা য়ারেক্লিবা মোংশোং য়ৌখবে ।
কৈথেন খম্নব্রবা থেঙলবা নুমিদাংসিদা
নখুত্তা থুম্মোক পাযদুনা হাথু হাথু চৎলিবনা কৈদনো ?
মালেম লৈমগী মীৎম্নাসু কুপশিনখবে নিদ্রাগী খুৎশাশিংনা ।
ক্বাক্বী মকোনসু তুমিন তুমিন লৈনখবে ,
লেঙলম হাইবম্বা উনা-ব্রানাশিংসু চেক -মোক লাউখিদরে ।
লৌবুক্তা লৌরাং শুরম্বা লৌমীশিংসু শুমাংদা
পোত্থানবা ফিদা শন্দোক্লখরে ।
কৈথেন খম্নব্রবা থেঙলবা নুমিদাংসিদা
নখুত্তা থুম্মোক পায়দুনা হাথু হাথু চৎলিবনা কৈদনো ?

## ৫৫

নুমিৎ য়ুংবা মতমদনি নঙনা চৎখিবদু ।
কোরৌ মৈশাসু অতিয়াগী য়াম্না কল্লমই ।
ঐগী শিন্থা লোইরদুনা ফম্লমই ঐ ইথন্তা
য়ূমগী মথক থংবা মাঙ্গোন্দা নঙনা চৎখিবা মতমদুদা ।
খঙহৌদনা নুংশিৎ মরম অমনা অবাপ্পা লৌবুক্তগী
ফৌব্রাম-ব্রাইকুপগী মনম পুরক্লমই ।
খুনুশিংনা উরুমদা চোকথবা লৈতনা খোংলমই,
খোইমু অমনা লমফৈরক্তুনা অরাপ্পা লৌবুক কয়াগী
মপাউ পুদুনা ঙংলরি ঐগী কাদা ।

নুমিৎ য়ুংবগী কোবৌ মৈশানা খুঙ্গংদু তূম্ন-হিপ্লবমই ।
য়াংদৌ লম্বীসু মী ইতাক তাক্লমই ।
খঙহৌদনা হুন্নকপা মালংবগী শউমদা
উনা-ব্রানাশিং হাইবম্মী অদুগা কেল্লমই ।
য়েংজবমই ঐনা অতিয়াদা, শেন্নমই পবেং লেংদুনা
ময়েকশিংদু মিংলেন অমগী ঐনা খঙজবা,
নুমিৎয়ুংবগী কোবৌ মৈশানা খুঙ্গংদু তূম্ন হিপ্লবিঙৈদা ।

ঐ শম্বুল শেমজিনবা কাউথোক্লুবে ।
কাইদ কাইদ লিবি হুম্বা মালংবনা য়ৈববি ঐগী খজাযদা,
উকম লাংবা তোর্ব্বান্দা মোংহাদনা চেঙ্খুবি তুবেলনা ।
অঙৌবা লৈচিনশিংদু অতিযাদা তন্দে মান্দে মচি লেঙলমদে ।
ঐ শম্বুল শেমজিনবা কাউথোক্লুবে ।
নুমিৎয়ুংবা মতমদনি নঙনা চৎখিবদু ।
উফুলসু যাংদৌ লম্বীগী শাবমই, চাকথেক্লমই লৌবুকসু ।
খুনুনা খোংলমই মনা পুংবা উপান্দা ।
ঐ ইথস্তা ফন্নমই য়ূমগী মথক থংবা মাঙ্গোন্দা,
নঙনা চৎখিবা মতমদুদা ।

## ৫৬

ঐসু অমনি নুপীশিংগী মবক্তা ইথৌ চিনজবিবা
য়ূম পানবগী নোংমা নোংমগী কূপনোমসিদা ।

নঙনা ঐবু অতম্মনা খন্দোক্তুনা পুবিবিবনা কবিগী
ঈংনা তপ্লা পানজবিবা অচম্বা পুক্সিগী ব্রাংমদা ?

ফোংদোক্তবা নুংশিবদি অশেংবনি ।
মণিমুক্তাগুম ঙাল্লি মসিনা লোৎশিল্লবা

থম্মোয়গী অমম্বা মরুমদা ।
পুক্সিনা য়াইফরিঙৈ মতমদদি য়েংবী মসিবু হঙ্গোয়না ।
আঃ শেগায়বিদুনা নঙনা থম্মোয়গী কুয়োমসি ঐগী
চিংথোকপিরে তনিক তনিক্কবা ঐগী নুংশিবসি
অহাংবদা, মাঙহনবিদুনা মতম পৃম্বগী ওইনা
মরুম থুপচরিবা কাচিন্দু লোৎচরিবা মাগী মহুমদু ।

অতৈ নুপীশিংসু অদুমঙাই চপ মান্নে ।
কনানসু খঙবিদে মখোয়গী নুংদ-নুংগী পুক্সিদো,
খঙজদে মখোয় মশানসু মশাগী অরোনবদু ।
ইচম চম্বা নোকই, কপই মখোয়না,
ব্বারী ব্বাতাই শান্নে, শু-নোমজে ।
চৎচৈ নুংতিগী মখোয়না মন্দিরদা, কৎচরুই মৈরা,
শোকচরুইনে লাইজসু তুরেন্দগী ।

খঞ্জে ঐনা ঙমজনি কনজবা ঐগী নুংশিবদি
চংজফম লৈতদুনা থক থক নিকপমখৈ
ইকায় ফিরুক খুমগদবদগী, অদুবু
লৈথোকপিখি নঙগী মায়থোংদি ঐঙোন্দগী ।
হোয়দা, নঙগী লম্বীদি লাওনা হাংদোক্লি
নঙগী মাংদা, অদুবু য়াহনবিদে ঐবু হল্লকপদি,
থাদোকপিরমই ঐবু মাইকৈ ফিজেৎনহন্দুনা
ইফি থোংহন্দখৈ তাইবংপানগী মমাংদা
মীৎকুপ্পুনা য়েংহনবিনবা অহিং নুংথিল অনীদা ।

## ৫৭

হে তাইবংপান ! হেক্কুরে ঐনা নঙগী লৈরাংসে !
কোনশিনজরুই ঐনা ইথানুংদা অদুবু য়ুরকই তিম্থংনা ।
শিথপ্রবদা কোরৌ মঙান্না মমশিল্লকই
থেংনজে ঐনা লৈরাংদু লৈমন চল্লম্বা,
অদুবু চৈনাদুদি কোক্তরি ।

হে তাইবংপান ! শাৎলকখিনি লৈরাং কয়া কয়া
নুংশিবা লৈনম চেনবা চাউথোকচবগা লোয়ননা ।
হৌখরে ঐগীদি মতম লৈরাং হেকপগী,
অমম্বা অহিংসিদা লৈতরে ঐগী গুলাপতি,
অদুবু লৈহৌরি চৈনাদুদি ।

## ৫৮

নোংমগী অয়ুক্তা লৈরাংগী লৈকোন্দা
লাক্লমই মীৎ তাঙবী নুপীমচা অমা,
পুদুনা লৈপরেং অমা
থম্বালগী মনা থম্মানা য়োমশিনজদুনা,
খুদোল তমজগে ঐঙোন্দা ।
ঐনা শিজিনজরমই লৈপরেংদু ঙকশমদা,
ঐ মীৎলুদগী পিরাং শিল্পুরমই ।
ঐনা মাগী মায়থোংদা চুপ্লদুনা হায়রমই,
‘মীৎ তাঙলেদো নঙদি লৈরাংশিংসিগুম’
‘খঙজদেদো নঙদি নঙগী খুদোলপোৎসি কয়াদা ফজবা’ ।

## ৫৯

হে নুপী নঙদি লাইগী খুত্তনা শেম্বা নত্তেদো,
তাইবং মীখুৎসু যাউইদো ;
মখোয় খূদিংমক্কা মতম পূম্বদা মখোযগী থম্মোযনুংদগী
ফজবদু পুখোক্কুনা হৈথবি নঙোন্দা ।
কবিশিংনা শেমজবি য়াইফ কোন অমা নঙগীদমক
মুৎনাইদ্রবা কল্পনানা মযুং-মফেল লংলা ওইদুনা ;
লাই য়েকপশিংনসু ওইহনবিবি নঙগী শাওং-শাদাবু
ইনৌদা নৌবা শিনাইদবা ।

পীবিবি সমুদ্রনসু মাগী মণিমুক্তা, সনাগী খোংনা সনা,
লৈপাক্ষাগী লৈকোন্না লৈবাং, নঙগী লৈতেং ওইজনবা,
নশাবু লোৎশিনজনবা হেন্না মমল ৱাংখৎনবা ।

নিপাশিংগী থম্মোযগী অপাম ঈখৌ মযাইদু
হৈথবি নঙগী মথোক কাবকপা পুন্সি শক্তমদা ।
নঙদি তঙ্খায অমা নুপীনি তঙ্খায অমনা মঙনি ।

## ৬০

হে ফজবা,নূংদা হক্কিবা, লেপ্লি নঙদি ৱা ঙাঙদনা লেঙদখৈ,
নথন্তা তোপ্পা, পুন্সিগী নিন-খোংলবা ঈবাউখোনসিগী মবক্তা ।
মতম কৌবী লাইবেম্বী পামজনা ফমদুনা নঙগী নখোঙদা
মুকুম মুকুম ৱা ঙাঙলি ।

ঙাঙঙু, ঙাঙঙুনে ৱা ঐঙোন্দা
হে নুংশিবী, ঐগী চান্নবী !

অদুবু নঙগী ৱাহৈদি নূংদা পক্কুনা লৈখবেদো,
হে লেঙফদবা ফজবা !

## ৬১

হে শান্তি, ঐগী থৱায় ,
ওইহনবিয়ুনে ঐগী কায়না পৃংজাসু শান্তি ।
হায়বিগনু মসিবু শিবনি, হায়বিয়ু পুন্সিবু মপুম লেপ্পনি ।
ওছোকপিয়ুনে নুংশিববু নীংশিংবা, অৱাববু ঈশৈ ।
ওইহনবিয়ুনে ঐনা অতিয়াগী অরোইবা তম্না পাইজবদু
চেক্লানা মহুম তম্না পাইজবা ।

অরোইবা ওইনা নানবিবদু নঙগী খুবাংনা
ওইহনবিয়ু চীংলেম্বা অহিংগী লৈরাংগুম ।
হে পোল্লোই শকহেনবা, লেপ্লিয়ু লেঙদনা মিৎকুপ অমত্তংদি
অদুগা হায়বিয়ু নঙগী অরোইবা ৱাহৈদু মখোন থোক্তনা ।
খুরুমজরি নঙবু ঐনা, পায়জরে থাউমৈসু নঙগী লম্বী ঙন্নবা ।

## ৬২

মশেন মরাক্ত উবা লম্বীদা চৎলমই ঐনা মঙলান্দা,
থিজরুই নুংশিবীদু ঐগী ওইজরম্বা নহান মপোক্তা ।

মীনা চৎনদ্রবা লম্বী অমগী অরোইবদা লৈরমই মহাক্কী যূমদু ।
মহাক্না লোইজবা ৱাহোং লাবদু উফৈদা তোংলদুনা
উইজরমই নুমিদাংৱাইগী মালংবনা লিরি লিরি হুম্বদা ,
খুনুশিংসু তুমিন তুমিন লৈনরমই মকোন্দা ।

থাউমৈ চুখৎতুনা কুমথরক্লমই মহাক্না
থোঙজাউ তাবা লম্বীদুদা অদুগা লেপ্লমই ঐগী মাংদা ।
কোয়রাওনবা মহাক্কী মীৎম্না অনীদুনা

অমুক্তুং য়েংজবমই ঐঙোন্দা অদুগা
হায়বকই ঈঙ্গিৎনা, নুংঙাইবিদনা মকপলোই ?
হোৎনজরমই ঐনা পাউখুমজগে, অদুবু,
কাউথোকখি, মাঙখি ঐখোয়না ঙাঙনবা লোনসু
ঐনা খনজরমই অসুম, অসুম,
ঐখোয়গী ইমিংশিংদু ঐ নীংশিংগদবা মান্দ্রে ।
মহাক্কী মীৎস্নাদা পিরাং শিন্থবমই,
যেৎথংবা মখুত্তু মহাক্কী তিংথোবক্লমই ঐঙোন্দা,
চেজেৎ পায়শিনজৈ ঐনা অদুগা লেপ্লমই তুমিন্না
লিবি লিবিবা মালংবগী শউমদা নুমিদাংব্রাইগী
ফেবে ফেবে হাইবমই থাউমৈগী মৈবীদু
অদুগা মুৎখিবমই ।

## ৬৩

হে লমকোয়বা, নঙবু শোযদনা চৎলগদ্রা ?
অহিং অসি থেঙবনা তাংলৌ ঈচীক হুল্লক্লে,
অমম্বগী শরুকসু তপ্না তপ্না উমংগী লমদম য়ৌখরে ।
যুমগী মথক থংবা মঙ্গোন্দা থাউমৈশিংনা ইবং লংনা ঙাল্লি,
তগৎ তগৎ তেকপা লৈবাংশিংনা ফুগাইনা শাৎলি,
মথোক কাবকপা শাবী শানৌ কনানা তুম্নহিপ্নদ্রি হৌজিক ফাওবা ।
নহাকপু কায়নবগী মতমদু ওইরক্লববা ?
হে লমকোয়বা, নঙবু শোয়দনা চৎলগদ্রা ?

খুৎশিংসিনা ঐখোয়গী নুংশিনা কোনশিনজদুনা
নঙগী নখোঙ থম্বান্দা খামজদে খক নঙবু ।
নঙগী থোঙ লাওনা হাংদোক্লবনি, শাবন হাপ্লবা
শগোলনা ঙাইবি নঙবু থোঙ্গান্দা ।

**মালি**

করিগুম্বদা নঙনা চৎপসিদা অপনবা পিনবা হোৎনরবা
মদু অতৈনা করিগু ওইরোই ঐখোয়গী ঈশৈনা ওইগনি ।
হোৎনরম্বা থোক্লবা ঐখোয়না নঙবু অমুক হল্লকহন্নবা
অদুসু ওইগনি সুপ্নগী ঐখোয়গী মীৎয়েংতনা ।
লমকোয়বা, নঙবু খাম্বগী ইতীক লৈজদে ঐখোয়দা
মীৎকী পিরাং নত্তনা ।
করম্বা মুৎনাইদ্রবা মৈরীগী মঙান্নো নঙগী মীৎস্নাদা উরিবা
করম্বা পোত্থাহৈত্রবা অরুম-লাইহৌনা নঙগী ঈদা তোংলিবা
করিনা কৌরক্কুনা অমম্বদগী নঙগী থম্মোয়দা ঈথিন পিররিবা
করম্বা শাথীনা শুহৎনিংঙাই ওইরবা ব্রাহৈ পরেং
পারুরবগে নঙবু অতিয়াগী থব্রানমিচাকশিংগী মরক্তা,
চেৎনা থুপ্লা থমত্রবা অথুপ্পা পাউজেলগা লোয়ননা,
অহিংসিনা করম্না চংখ্রিবা নঙগী থম্মোযদা
তুমিন্না অঙকপা মওংদা ?

করিগুম্বদা নঙনা হরাউ-তয়াম কুম্মৈবু পামজদ্রবা,
পামজরবা শান্তিদবু, হে চোকথরবা থব্রায়,
মুথৎলসি ঐখোয়গী থাউমৈসি, খোংলগুমসি বীনাসি ।
ঐখোয় ফন্নসি তুমিন্না অমম্বদা লেঙলি লেঙলিবা
উনা-ব্রানাশিংগী মখাদা,
তারমদাই থাজগী মেংলবা থাবন মঙান্না
তাররনি নঙগী মীহুৎ থোঙদা ।
হে লমকোয়বা, করম্বা পোত্থাহৈত্রবা শক্তি অমনা,
নঙবু থৌজানবিরিবা নোংয়াই চবুক খায়রবা অহিংসিদা ।

## ৬৪

নুংথিলগী মতমদু লেনজবমই ঐনা কাথেকপমখৈ শাববা
উফুল থাংলবা যাংদৌ লশ্বীদা ।
হৌজিক্লা ঈংথবক্লবা মতমসিদা নুমিদাংব্রাইগী,
থীনজকই ঐনা মীথুংশঙগী থোঙদা,
অদুবু মী কনামত্তা লৈবমদবে, মুৎলবগী মতৌনি ।

তমথীবা শক্তম লৌববা অশাথ-পাশ্বী অমনা
চবাম্লববা মাগী মবাগী খুবাংশিংদুনা
চেকপলগী অহোবা কাবক যেংদুনা হোগাযবি ।
হৌখবে নুমিৎসু লংফৈ চৎপশিংনা মফমসিদা লাক্তুনা
চোকথববা মখোয়গী মমায-মমিৎ তাথোকপগী মতমদু ।
যাচংবগী মন্নি মন্নিবা থাবন মঙান্দা ফিদা শন্দোক্তুনা
ফন্নমই মখোযগী ইঞ্জোল চাইগোযনুংদা,
শান্নবমই ব্রাবী অঙকপা লমদম কযা কযাগী ।
অযুক যাহৌবকপদা মখোযগী মশাশিংদু তগৎ তগৎ তেকখৎলমই,
উচেক ব্রাযাশিংনা নুংঙাইহল্লমই মখোযগী পৃক্লিংবু,
ফুগাযনা শাৎপা লৈবাংশিংনা নোমনোম নোমনোম হাইবি
মখোযবু উবদা লশ্বীগী মতাযদা ।
ঐনা লাকপা মতমদা মফমসিদা
ঙাইবিবমদে কনানসু থাউমৈ চুখৎতুনা ।

নুমিদাংদা থানখিবা কাউথোকখ্রবা থাউমৈ কযানা
তৈশিল্লন্বা মৈখুগী অমুবা কালীনা ফক্লাংদা
তবং তবং উবি অতাঙবা মীৎকী মতৌগুম ।
ঈশিং কংখ্রবা পুন্ত্রিগী মনাক্তা মোংশোংদা
তন্দনশিংনা কোযপাই পাইবি,
ব্রাতোনশিংগী মমি তাববি তিঙ্গোয লশ্বী থক্তুদা ।
নুমিদাংওইশিল্লক্লবদা ঐ কনাদসু চংজফম ফংদবে ।
অহিংগী মতমনা মাংদা কযাদা শাংলিবা,
ঐদি চোকথবনা লোইবে ।

## ৬৫

কৌবিরক্লবরা নঙনা ঐবু অমুক ?
য়াচং মতমদি ওইশিল্লক্লে, কোনশিনবিরে ঐবু চোকথবনা
নুংশিবগী পাম্বোমনা কোনশিনবিবগুম নুংশিনা ।
নঙনা ঐবু কৌবিবরনে ?
হে মীওৎপী, নুমিৎচুপ্পসু হৌখবে নঙগী ব্রাখন্দা,
অহিংসিমসু অসুম্না অসুম মাঙহনবিগদৌবিবরা ?
অমা নৎত্রগা অমদা পোৎলম খূদিংগী পচ্ছুং ওইনৈ, অদুবু,
অমম্বগী অচীকপদুদি মী মশাদু মথন্তগীনি ।
অচীকপদু নমহৎতুনা নঙগী খোঞ্জেন্না
পিববরোইদরা চৈথেং ঐঙোন্দা ?
লৈজদববনে অহিংগীসু মশাগী ঈশৈ পোত্থাজনবা নঙগী থোঙান্দা ?
মখোন থোক্তবা মশা পানবা থাৱনমিচাকশিংনা কৈদৌনুংদা
পাইখৎলুদরনে অতিয়াদা,
নুংশি হৈতবা নঙগী সনজীং মতোন ব্রাংমা হেন্দোক্লা ?
নঙগী লৈকোন্দা কেন্দবরা লৈবাংশিংনা
লৈখোক লোয়দুনা লৈমায়দা ?
তুমিন্না লৈ-হৈতবী, কৌরক্লোইদরনে নঙনা ঐবু ?
অদু ওইরবদি নুংশিবনা ব্রাজরবা মীৎস্নাসে
অরেম্বদা মিশেন খাঙলসনু, কপচরসনু ।
ঙানজসনু থাউমৈসু অচীকপা য়ূমদুদা ।
খেব্রাগী হিশিংদুনা পুজসনু চোকথরবা শিনমীশিংবু
ময়ূম মরানয়াই তম্না ।
মঙলান কয়া ঐগী থাদোক্লম চেনজৈদো ঐ নঙনা কৌবিবকপদা ।

## ৬৬

কোয়না চৎপা অঙাওবা নিপা অমনা
থিজরমই তমফা য়াইওইবদু,
অমোৎপা দরী অমা নাকন্দা য়েপ্লদুনা,
উফুল ৱাইফুলনা মশাদু পূমৱাউ ৱাউরবা,
য়েংবদা মমিদা ঙাইরবা,
মচিনবান থক-খা উমশিল্লবা,
মাইকৈ খূদিং ফুনজিল্লবা থম্মোয়গুম,
মৈ হৌরবা মহাক্কী মীৎম্নশিংদু মাল্লি
মপাং থিবা কোয়না পাইর্জরিবা
তন্দননা শেম্বা থাউমৈ ।
মহাক্কী মাংদা লোইনাইদ্রবা সমুদ্রগী ইরাউখোন্না ঙংলি ।
ৱায়াম ঙাঙগনবি ঈথক ঈপোম্না অরেপ্পা লৈতনা ঙাঙলি,
অবোনবা লনগী মরমদা,
নোক্লরি মখোয়গী ৱাহৈগী অর্থ খঙদবশিংবু ।
ফংবগী অশা লৈরমদবা যাই মহাক্কী থম্মোয়দা,
অদুবু পোখাবদি খক নাইদে,
মরমদি থিবসিনা ওইরে মহাক্কী পুন্সি ,
সমুদ্রনা থাঙ্গৎপগুম মপাম্বোম অতিয়া তম্না
ফংঙমলোইদবদুগীদমক —
থৱানমিচাকশিংনা চৎচবগুম কোয়না
ফংঙমলোইদবা পচ্চুং অমগীদমক —
অদুম ওইনমক চীক্লবা সমুদ্র তোর্ব্বান্দুদা
অমোৎপা দরীদুগা কোয়না চৎলমই
অঙাওবা নিপাদু হৌজিকসু তমফা য়াইওইবদু থিবা ।

নোংমদি খুঙ্গংগী নিপামচা অমা লাক্লমই মহাক তম্না
অদুগা হায়রমই, হায়বিয়ু ঐঙোন্দা, মফম কৈদগী
ফংলকপনো নঙগী নখ্বাংদা কোইশিল্লিবা সনাগী মরীসি ?

ঙকচরমই অঙাওবা নিপাদু, য়োৎলীনা খুদক্তা সনাগী মরী ওল্লবা
মণ্ডলানসু নত্তে, অদুবু খণ্ডজরমদে মহাক করম্বা মতমদা অসুম্না ওনখ্রিবা।
মহাক্লা মরাইবক্তা খুৎতুম্না শুজরমই কৈদনো, ও কৈদনোনে
মহাক্লা খণ্ডহন্দনা থবক অসি মায় পাক্লা পাংথোক্লমলিবা ?

মসি মহাক্কী হৈনবী ওইখ্রবনি,
নুং মচা মচা খুন্দুনা মহাক্কী য়োৎলীদুদা তকপা,
অদুগা লংথোকখিবা নুংমচাশিংদু,
হেক য়েংশিল্লুদখৈ করি অহোংবা লৈরবনো,
অসুম্না অঙাওবা নিপাদু তমফা য়াইওইবদু
ফংজরমই ; অমুকসু মাঙখিবমই ।
কোরৌহনবসু লূপথখিরমই নোংচুপ মাইকৈদা,
অতিয়াসু সনা মচু ওল্লক্লমই ।
অঙাওবা নিপাদু হল্লক্লমই মহাক্কী খোঙথাংদা,
নৌহৌননা থিজনবা মাঙখ্রবা লন্দু,
মপাঙ্গলসু য়াওদরে, মশাসু কোনশিল্লে,
মহাক্কী থব্রায়না লৈমায়দা, মরূ ফুক্লবা উপালগুমলে ।

## ৬৭

খোঙথাং তপ্না লাকচরবসু য়াচং লৈমনা
ঈশৈ পূম্বা লেপ্লবা ঈঙ্গিৎ পিবিররে,
চোকথজরবসু নঙনা, পোত্থাজখ্রবসু নঙগী নপাং খিবিক্লা,
য়োমশিনজরবসু অমম্বদা অকিবনা, ফিজং খনজিনজখ্রবসু
অতিয়াগী মায়থোংদা,
হে চেক্লা, ঐগী চেক্লা তাওনে ঐনা হায়রিবসে,
শাগল তূফাং খপ্নদি খক লেপকনুকো ।

নত্তে, মদু উমংগী শুক্লা মম্বা উনা-ব্রানাশিংগী মমি,
মদুদি সমুদ্রনা স্বারকাবনি চাউরবা অমুবা লিনগুম।
নত্তে, মদু জগোয় শাবা লৈশাৎ তম্লিবা মালিকানা
মদুদি অরংবা কোঙ্গোন্নি ।
আঃ নোংচিং থাংদবা অশংবা সমুদ্র তোর্ব্বান্না কৈদনো,
নঙগী নহুম্না কৈদা ?
হে চেক্লা, ঐগী চেক্লা তাওনে ঐনা হায়রিবসে,
শাগল তূফাং খপ্পদি খক লেপকনুকো ।

অহিং লৈমনা মদোম লৈজরি নঙগী লম্বীদা,
খোমলেন তূমখুন তাল্লি চীঙ্খ্রে লৈমনা
মশেন মরান উরিবা লোইবী চীংগী মরুমদা ।
থব্রানমিচাকশিংনা নিংশা শ্বর থিংবমখৈ পূংজা মশীং থিজরি,
তুশোন মানশোন্নরবা থাজনা ইরোইরি অরুবা অহিংদা ।
হে চেক্লা, ঐগী চেক্লা, তাওনে ঐনা হায়রিবসে,
শাগল তূফাং খপ্পদি খক লেপকনুকো ।

নঙগীদি লৈতরে নুংঙাই মঙলানসু, অকিবসু ।
লৈতরে নঙগী হায়নীংঙাই ব্রাসু, নাপ্পদা চীক্লা ওইরসু, কপ্পবসু ।
লৈজদে নঙগীদি য়ূমসু, পোত্থানবা ফমুংসু ।
নঙগী লৈজরিবা হায়ববু সুপ্পগী শাগল তূফাং অনীদুগা
য়াংদৌ নাইদা অতিয়া অসিতনি ।
হে চেক্লা, ঐগী চেক্লা, তাওনে ঐনা হায়রিবসে,
শাগল তূফাং খপ্পদি খক লেপকনুকো ।

## ৬৮

কনাসু শিনাইদবা নত্তে, ইচিন ইনাও শা,
পোৎশক অমত্তা কুইনা লৈরোই,
ব্রাফম অসি পূক্লিংদা থম্লগা হরাউ তয়াম্না হিংবিয়ু ।
নত্তে ঐখোয়গী পুন্সিসু মপোক অমগী পোৎলুমদু,
নৎতে খোঙচৎসু অশাংবা লম্বীদু মপোক অমগী ।
অমত্তা ঙাইরবা কবিনা নত্তে শরুদবা হৌখ্রবা যুগ অমগী ঈশৈদু ।
লৈরাংনা লৈমন চল্লি অদুগা কেনজখি, অদুবু লৈরাংদুবু
চিল্লুরিবা মহাক্না তেংথাগদবা নত্তে মতম পূম্বদা ।
ইচিন ইনাওশা,
ব্রাফম অসি পূক্লিংদা থম্লগা হরাউ তয়াম্না হিংবিয়ু ।

চপ লেপ্পা তাঞ্জা অমা লাকখিনি মপুম ওইবা শকতমবু শৈথাবদা ঈশৈদা ।
তাখিনি পুন্সিগী নুমিৎসু পুন্সি য়াচং তম্না,
তময়া কোরী চেল্লবা মঙাম্দুদা লূপখিনি ।
কৌরক্কনি নুংশিববুসু অব্রা মায়োক্লনবা,
খাঙজনবা পিরাংতগী শেংলবা লমদমদুদা ।
ইচিন ইনাওশা,
ব্রাফম অসি পূক্লিংদা থম্লগা হরাউ তয়াম্না হিংবিয়ু ।

ঐখোয়না লৈরাং হেক্রবা খুৎলৈ থুনা চৎচৈ
মরমদি মালংবগী শউমদা কেনখিগনি লৈরাংশিংদু ।
ব্রাখল অসিতনা ঐখোয়গী ঈচেল য়াঙহল্লি
মীৎশিং নাশিংহল্লি,
কনবা ঙমজনবা মাঙহনগে থৌরাংলম্বদু
পম্থরুরবদি অমুক ঐখোয়না ।

ঐখোয়গী পুন্সিসি য়াম্না লাংতক্লজে,
ঐখোয়গী অপাম ঈখৌসু য়াম্না কল্লি,
মরমদি মতম্না কায়নবগী পুংফম পীরক্লগনি ।
ইচিন ইনাওশা,

ব্রাফম অসি পূক্লিংদা থল্লগা হবাউ তয়াম্না হিংবিয়ু ।
লৈজদে ঐখোযদা মতম পোৎ অমবু পায়শিনজনবা,
চপখাইনবা অদুগা লংথোকখিনবা লৈমাযদা ।
মতমদি যাম্না যাঙনা চৎখি, ফিজিদা লোৎশিন্দুনা
মখোযগী মঙলানবু ।
ঐখোযগী পুন্সিদি যাম্না তেল্লি, নুংশিনবিবসু ঐখোযনা
মতম খবদগীনি ।
কবিগুন্বদা অকনবা অব্রাবা শিন্থা পাযকুববদি
লোইবা খন্বা নাইদে মতমসু ।
ইচিন ইনাওশা,
ব্রাফম অসি পূক্লিংদা থল্লগা হবাউ তযাম্না হিংবিযু
ফজবা হাযবসি ঐখোয়না যাম্না নুংশিজে,
মবমদি মসিগী জগোয খোঙথাংগা
ঐখোযগী পুন্সিগী অপাইবা খোঙথাংগা চানৈ ।
জ্ঞান হাযবসি ঐখোযদা মমল নাইদে,
মবমদি লৈবোই কৈদৌনুংদা খক ঐখোযদা মতম
মাবু মপুং ফাহন্নবা ।
পূম্নমক পাংথোক্লগদবা ঙাকনি মতমগী
অবোই অখম লৈতবা লাইবৈবাক্তুদা ।
শিবা নাইবা হাযবসিনা ওইহল্লি
মতম পূন্বদা ইনৌদ-নৌবা মায়াগী লৈরাংশিংসি তাইবংপানগী।
ইচিন ইনাওশা,
ব্রাফম অসি পূক্লিংদা থল্লগা হবাউ তয়াম্না হিংবিয়ু ।

## ৬৯

সনাগী শজিবু ফাগে তানজৈ ঐনা ।
মরুপলোই , নোক্লবদি য়াই নখোয়না,
অদুবু তান্নজৈ ঐনা মণ্ডলান্দু থৈদোকপ্রবা ঐঙোন্দগী ।
চেনজৈ ঐনা চীংদনা কয়া তমদনা কয়া,
চৎচৈ ঐনা মশক মমিং খণ্ডদবা লমদম কয়াদা
মরমদি সনাগী শজিবু ফাগে তান্নরিবনি ঐদি ।
মখোয়না সনা কৈথেন্দা চৎলি পোৎচৈ কযা লৈরুই
অদুগা অমুক হল্লকই লৈরুবা পোৎচৈশিংদু পুদুনা য়ূমদা,
তৌইগুমসুং য়ুম লৈজদবগী নোংলৈ-নুংশিৎনা উঙবদি
ঐগী থম্মোয়দা পাল্লরি, অদুবু খঙজদে ঐ
করম্বা মতমদনো মফমনা কৈদনো ।
ঐগী থম্মোয়না থৌশাকুদে খক থাদোক্লমলে
ঐগী লৈজপৃম্বা তুংওইননা লাপ্না ।
চেনজৈ ঐনা চীংদনা কয়া তমদনা কয়া,
চৎচৈ ঐনা মশক মমিং খণ্ডদবা লমদম কয়াদা
মরমদি সনাগী শজিবু ফাজগে তান্নরিবনি ঐদি ।

## ৭০

নীংশিংলকই ঐনা নোংমগী নুমিৎ অমা অঙাং ওইরিঙৈগী,
তাউথহন্দুনা শান্নজবদু ঐনা চেগী হি অমা ঈশিং ঈরমদা,
মতমদু ইঙেনগী নোংজু পাম্বানি,
ঐ নুংঙাইজরমই শান্নবদুদা ইতোমতা ।
তাউথহন্দুনা শান্নজবদু ঐনা চেগী হি অমা ঈশিং ঈরমদা
খঙহৌদনা নোংপুবা লৈচিন্দু কুংশিল্লক্লমই,
নুংশিৎসু কনখৎলক্লমই, অতৎ অখম লৈতনা নোং হৈথরমই ।

অনৈবা ঈশিংগী ঈচেল মচা মচা চেন্থুরক্লমই,
ঈরমগী ঈচেলসু চাউখৎলক্লমই,
ঐগী হিদু লূপখিরমই ।
থৱায় নুংঙাইতনা খল্লমই ঐনা পূক্লিংদা
নোং নুংশিৎসি অতম্না লাকপনি ঐগী নুংঙাইবসিদা কায়হনগে ।
ফত্তবা ৱাখল পূম্বা মহৌশাগী ঐগী মায়োক্তনি ।
ঙসিদি ইঙেনগী নোং মঙবা নুমিৎসে য়াম্না শাংই ;
খল্লমই ঐনা পুন্সিদা শান্নখিবা মশান্না কয়াগী মরমদা
মদুদা ঐনা মায়থীবা ফংখিবা ।
ঐনা ঐগী লাইবক্তা ৱারৌজরমই
মানা ঐঙোন্দা শান্নখিবা তাইওন্নবা লাংলৌদুগী,
খঙহৌদনা নীংশিংলকখি ঐগী চেগী হিদু
ঈশিং ঈবমদা লূপখিবদু ।

# ৭১

কোবৌহনবসু ময়ূমদা চংখিদ্রি
তুবেল মপান্দা পাংথোক্লম্বা মেলাসু লোইশিন্দ্রি
কিজবমই ঐনা মাঙখ্রেদনা মতমসে অবেম্বদা,
নামৈ শেলসু ঐগী লোইনা লোইখ্রেদনা ।
অদুবু নত্তে, ইচিন ইনাওশা, খরদি অদুম্মক লৈহৌরি ঐঙোন্দা,
লাইবক্লা ঐবু পূম্মাঙ মাঙহনবদি থোকতরে ।

লৈবা য়োনবগী থবক লোইনখ্রে ।
শেল্লেপ শেন্দোং অনীমক পাথোক্লবা লোইরে,
হৌজিক্তি ঐ য়ূমদা হনবা মতম ওইরে ।
অদুবু থোঙশংবা, নঙগী শরুক পীয়ু হায়রিবরা ?
ৱারুগনু, খরদি অদুম্মক লৈহৌরি ঐঙোন্দা ।
লাইবক্লা ঐবু পূম্মাঙ মাঙহনবদি থোকতবে ।

## মালি

মালংবগী শাহুম তপথরকপসিনা নোংগী মমী তন্নি,
নোংচুপ মাইকৈদা নোংখোঙ নেমথরকপসিনা
অফবা ওইরোইদৌরি ।
মালংববু ঙাইজরি তুমিন্না লৈরিবা লাইজনা ।
ঐনা তহা তহা চেনজৈ অহিং ওইদ্রিঙৈদা তুরেল লানথোকহৌনবা ।
হে, হিহোনবা, নঙসু মমল পামই হায়বা নত্রা !
হোয়দা, ইচিন ইনাওশা, খরদি অদুম্মক লৈহৌরি ঐঙোন্দা ।
লাইবক্লা ঐবু পূম্মাঙ মাঙহনবদি থোকতরে ।

লম্বীগী মতায়দা উপালগী উরুমদা ফম্নি চাকনিবদু ।
অব্রাবনি, মহাক্লা ঐগী মায়থোংদা পূক্লিং কয়া লুমদনা য়েংজবি ।
মহাক্লা খল্লি ঐসে নুংথিন্দা শেন্দোং য়াম্না তোংলক্লবনি
হোয়দা, ইচিন ইনাওশা, খরদি অদুম্মক লৈহৌবি ঐঙোন্দা
লাইবক্লা ঐবু পূম্মাঙ মাঙহনবদি থোক্তবে ।

অহিংদু অসুম অসুম থেঙজিল্লকলমই, লম্বীসু চীক্লমই ।
তন্দন্না ঙাল্লি উনা-ব্রানা মরক্তা ।
কনানো নঙবু নারোন্দা তুমিন্না ঐগী তুংইল্লক্লিবা ?
আঃ খঙলে ঐ, নঙনা পাল্লিবদি ঐগী শেন্দোং পূম্বা হুরানহৌবদুনি,
ঐনা নঙবু খক নীংবা কায়হল্লোই ।
খরদি অদুম্মক লৈহৌরি ঐঙোন্দা,
লাইবক্লা ঐবু পূম্মাঙ মাঙহনবদি থোকতরে ।
অহিং নোংয়াইদা ঐ যূম য়ৌরমই, ঐগী খুত্তি হাংলবনি ।
ঙাইবিরি নঙনদি ঐবু লাংতক্লনা ঐগী থোঙজিন্দা
তুমিন্না মিশেন খাঙবমখৈ ।
পাইশিল্লকই নঙনা ঐগী ইথানুংদা,
নুংশি ঈখৌ লাংলবা চেক্লাগুম পাংদ্রবা ।
আই, আই, হে ঐগী ঈশ্বর, লেমহৌরি হৌজিকসু মরাংকায়না
লাইবক্লা ঐবু পূম্মাঙ মাঙহনবদি থোকতরে ।

# ৭২

নুমিৎ কয়ানি কন্না শু নোমজদুনা ঐনা লাইশঙ অমা হৌজরম্মী,
থোঙ থোঙনাউ অমত্তা ফাৎলমদে, ফক্লাংসু অচৌবা নুংতনা খাবনি ।
ঐ পূম্নমক কাউথোক্লমই, তাইবংপানগা মরী কক্করমই,
ঐনা থব্রায় য়াওনা লাইনিং পরে চেৎনা
লাইশঙদা লাৎচবিবা মুর্ত্তিদুদা য়েংজরমই ।
লাইশঙ মনুংদু মতম পুম্বদা অহিংনি,
মনম নুংশিবা থাউগী থাউমৈ থাল্লি ।
অবেপ্পা লৈতনা কাখৎলকইবা ধুপকী
মবৈ মবৈ তাববা মনমদুনা ঐগী থম্মোয়দা নুংঙাইহন্দে ।
মিশেন খাঙবমখৈ, ঐনা হক্লমই ফক্লাংশিংদুদা অঙক অঙকপা মুর্ত্তিশিং
জ্ঞান মাংবা অঙকপা লৈইশিংনা-মশা পানবা শগোলশিং,
তাইবংমীগী মায়থোং পানবা লৈরাংশিং, মায়থোংনা নুপীগী
ওইবা হকচাংনা লিন ওইবা শক্তমশিং ।

লম্বী অমত্তা ফাৎলমদে মফম কৈদসু পোম্বী চেক্লশিংগী
নুংশিবা ঈশৈ য়ৌরক্লবা, উনা-ব্রানাশিংগী হাই হুম্বা মখোল,
নত্রগা খুঙ্গংগী মীয়াম্না থবক নোম্বগী নিন-খোংবা খোঞ্জেল ।
অমম্বা কোর মনুংদুদা হন্না হন্না খোঙ্হাং য়ৈরিবা খোঞ্জেল হায়ববু
সুপ্নগী ঐনা শোল্লিবা শুমহৎনিংঙাই মশক ওইরবা মন্ত্রদুদনি ।
মচিন তুম্না চাক্লিবা মৈরীগুম ঐগী পূক্লিংসু য়ুংলমই লেঙলমদে ।
ঐগী ইন্দ্রিশিংসি হীরিকোনবগী নুংঙাইবদুদা তেথরমই ।
লাইশঙদা নোংমৈ-শীংজং তারক্লিফাওবদি
ঐ খঙজরমদে মতম হৌখিবা, মদুগী চৈনাদুনা
পাল্লরি ঐগী থম্মোয়দা ।
থাউমৈগী মৈরীদু শিথরক্লমই তনিক তনিক্লমই ;
ফক্লাংদা হক্লিবা মুর্ত্তিশিংদু মঙ মথং মথং মঙবগুম
ঙানজরমই ময়েক শেংফাৎতনা মঙান্দুদা,
মখোয়না মথব্রায় তানা লোৎচরিবা মফমদুদা

ঐনা লাইশঙ মনুংদা লাৎলিবা মুর্ত্তিদুদা য়েংজরম্মী,
উজে ঐনা মোমোন নোকপদু মহাক্লা অহিংবগুম
ঈশ্বরগী থৌজান ফংলবদুদা ;
অমম্বা অহিংদু , ঐনা বন্দি ওইনা থল্লম্বা
পাইখরে মশা পান্দুনা ।

# ৭৩

মপান নাইদবা লন থুমসে নঙগী নত্তেদো,
হে ঐগী অখাঙ কল্লবা অৱা-শক্তম পুরিবা ইমা মালেম লৈমা ।
শু নোমজরি নঙনদি মপুক থন্নবা নচাশিংগী
অদুবু চিঞ্জাক্কী অৱাৎপদি অদুম্মক লৈরিদো ।
নুংঙাইবগী খুদোলদি তম্বীরিবা নঙনা ঐখোয়দা,
কৈদৌঙৈদসু মপুং ফাদেদো ।
নঙনা পীবিবা শান্নপোৎসু নচাশিংদা য়াম্না কায়গনবা ঙাক্তা।
ঙমদেদো নঙনা থুংহনবা ঐখোয়গী পেনবা নাইদবা অশাশিংসি,
মদুগীদমক থাদোক্লসিরনে ঐনা নঙবু?
নঙগী মীনোকসে অৱা মমি তাজরবসু নুংঙাইজৈ ঐগী মীৎম্নাসিদা ।
নঙনা নুংশিবিবসে কৈদৌনুংদা মপুংফাদ্রবসু তাজৈনে ঐগী থৱায়না
নঙগী খোল্লাং অমৃত্তনা পীবিরি থৱায় ঐখোয়দা, পীবিদে শিনাইদবদি
অদুননি মতম পৃম্বদা য়াকায়রিবা নঙনা ।
যুগ কয়াসি শুনোমজরবসু নঙনা হরাও-নুংঙাই শৈশক তমদুনা
অদুবু ওইদে খক লাইরৈবাক্তি, থংই তাক্লমবদা অৱাবা ঐখোয়দা।
ফজবগী লৈশেমদা নঙগী তারি অৱা-মমিদা ।
ঐনা শকনি ঈশৈ অতৎপা লৈতনা তুমিন্না লৈরিবা নঙগী থম্মোয়দা,
তিলহনগনি ঐগী নুংশিবসি নঙগী নুংশিবদা ।
শিষ্ণাদা ওইনা লাৎচনি ঐনা নঙবু ।
হে ইমা, মালেম লৈমা,
উজরে নঙগী তনৌ তনৌবা মায়থোংসে,
নুংশিজৈনে ঐনা নঙগী অৱা-শক্তমসে ।

## ৭৪

তাইবংপানগী কুম্মে শঙসিদা,ফংজৈ চপ মান্নবা ফিদা
করিশু লৈতবা নাপী মকা অমসু
কোরৌগী মশেক মঙালগা, অহিংগী থাবল মঙালগা ।
ফংজৈ অসুম্না মফম ঐগী ঈশৈসু তাইবংপানগী থম্মোয়দা
লৈচিন নোংফাই, উমং ব্রামংগী ঈশৈনা ফংবগুম ।
অদুবু, হে ইনাকখুনবা নিপা, য়াওদে খক শরুক
নঙগী নরন-নথুমদু ঙাক্লানবা কোরৌগী মশেক মঙান্দা,
মঙলান্দা তাউজরিবা থাজগী মেংলবা থাবন্দা ।
পূম্নমক কোল্লিবা অতিয়াগী থৌজান্দু ফংঙমদে মদুনা ।
শিবগী মতম লাক্লবদা পূম্নমক মচু ওন্দুনা
কেমদুনা মাংখি উফুলদা ।

## ৭৫

অহিং নোংয়াইদা লাইনীংবা ওইথ্রগদবা নিপা অমনা লাউথোক্লমই
'মতমসিমক্তি ঐনা য়ূম থাদোক্লুনা ঈশ্বরবু থিবা চৎকদবা' ।
আঃ কনাননিনা ঐবু অসুক কুইনা জ্ঞান মাংহন্দুনা থনল্লিবা ?
ঈশ্ববনা হায়রকই, 'ঐননি', অদুবু তারমদে মীওইবনা ।
অতূম্বা নাউব্রা অপীখক্তু মথাদা কোল্লদুনা হিপচরি মহাক্কী লোয়নবীদু,
ঈংনা নুংঙাইনা তূমজরি ফমুংদা মহাক্কী নাকন্দা ।
নুপাদুনা হায়রমই,'কনানোনে নঙবু অসুক কুইবসে ঐবু
অপঙলাই চুহল্লিবা?'
খোঞ্জেলদুনা অমুক হায়রক্লমই,'ঈশ্বরননি', অদুবু নুপাদু তারমদে ।
নাউব্রা অপীখক্তু মমঙদা কপ্লমই, মমাগী মথাদা চেৎনা কোনশিনজরমই।
ঈশ্বরনা য়াথং পিরক্লমই, 'ঙাইখো অপঙবা, নয়ূমদু থাদোক্লনু ,
অদুবু মহাক্তি তারমদে ।
ঈশ্বরনা ব্রাজরদুনা শোনজরমই, 'করিগীদমক ঐগী ইনাইনা
ঐবু থিবা কোয়না চৎলিবা, ঐবু থাদোক্লন্নগা ?

## ৭৬

মন্দিরগী মমাংদা মেলা চখরমই,
অঙনবা অয়ুক্তগী নোং চুথরক্লমই,
নোংমদুমা অসুম্না হৌখিরমই ।
মীয়াম্না হরাউ তয়াম্বদুদগী থোইনা হেন্না নুংঙাইবা অমদি
নুপীমচা অমনা পাই অমা পিদুনা থাংতুপ মনাগী
পে-পে লাউবী অমা লৈজরুবদা মথক্লায় তানা নোকচবদুনি ।
মহাক্কী পে-পে লাউবীগী হরাউ নুংঙাই মথোই কাবদুনা
মীয়াম্না নোক খেরিবা নুংঙাইরিবদুদগী হেল্লমই ।

মীনা লোই খম্বা নাইদনা লাকনবমই কৃক কৃক ইন্নবমই,
লম্বীসু লৈখোম থোক্লমই, তুরেলসু ঈশিং চাউরমই,
অরেপ্পা লৈতনা চুথরিবা নোংনা লৌবুকসু থুমলমই ।
তিল্লিবা মীয়াম্না ব্রানরিবদুদগী থোইনা অব্রাবদি
নুপামচা অপীখক অমনা ব্রাজবদুনি -
লৈজরমদে মহাক্কী পাই অমফাওবা মচু শঙবা চৈশু লৈনবা ।
দুকান্দা মহাক্লা য়েংলিবা অপাম ঈখৌ মীৎয়েংদুনা
ওইহল্লে মীয়াম্না তিল্লিবদু করিশু লৈতবা ।

## ৭৭

নোংচুপ হারমদগী লাকপা খুৎনাইবা নিপাদু
মহাক্কী লোয়নবীগা লৈবাক তৌবদা থবক য়াম্না চিনজরমই ।
চেক শানবা অদুগা মৈ ঈক্লবা ।
মখোয়গী মচানুপী অপীখক্তুনা চৎচৈ হিদেন তাফমদা;
মফমদুদা মহাক্লা কোল-লিক খাংনচিংবা কয়া
অরোই অখম লৈতনা কন্না কন্না তক্তুনা ফেংজৈ ।

মহাক্কী মৌপ্পা অপীখক্তু মরূ কোকপা লূব্বাউবদু,
মফি মরোলসু শেত্তবদু, মশা পূম্বসু লৈখোম তৈবদুনা
মতুং ইনজরমই মচেমগী অদুগা য়াম্মা উঁইল কনবগা লোয়ননা
অব্বাংবা তুরেল লৈরাই মথক্তুদা ফমদুনা
মচেমগী য়াথং মতুংইন্না মহাকপু ঙাইজরি ।
অথনবা ঈশিং পুন্না কোক্তা থোং
পলেমগীদি অপীকপী নাইনুবিদু
ওইগী খুত্তা পিথ্রাইগী ইরং লংবা পাত্র পায়,
যেৎকী খুৎনা খুৎশমনজ মৌপ্পা অঙাংদু,
হনজবক্লমই মযূম মরানযাই তম্না,
ইমুংগী লূম্লবা পোৎলূম্না নছুবদা চীংলেল্লবীদু ।

নোংমসু উখি ঐনা মফি মবোন শেত্তবা অঙাংসি
ফমদুনা লৈবম্বা মখোঙ শৎ তিংথোক্তুনা ।
তুবেন্দনা মহাক্কী মচেমদুনা ফেংলম্বদু ফমদুনা
ঈশিং থক্লবা খুজায় অমা লৈঙোই খূবাম অমা
পায়দুনা লৈনা লৈনা তক্লদুনা ।
মনাক নকপদা মতূ নানবা য়াও মচা অমা
তোৰ্ব্বান্দুদা শজিক চারি ।
যাউ মচাদু অসুম নকশিল্লক্লমই অঙাংদুনা ফল্লিবা মফমদুদা,
অদুগা খঙহৌদনা য়াম্মা হৌনা খোংলক্লমই
অঙাংদু খংপ্রেক খংলমই কিদুনা লাউরমই ।
মচেমদুনা কোন ফেংবদু থাদোক্তুনা তুরেন্দগী চেনখৎলক্লমই
মহাক্লা মখুৎ নামনা মৌপ্পাবু কোল্লে অদুগা মখুৎ নামনা
য়াউ মচাদুবু কোল্লে ; অসুম্না মহাক্কী নুংশিবা মীৎয়েংদু
খায়দোক্লে অনীদুদা, অমরোমদা শাগীমচাগা
মীওইবগী মচাগা নুংশিবা অনীদু অমত্তা ওইনা পুনশিল্লে ।

## ৭৮

কালেন থাদনি,
শারবা নুমিৎয়ুংবগী মতমদু লোইনাইরমদে ।
কংলবা পৃথিবীনা ময়া কাথোক্লি খৌরাংবনা মৈশাদুদা।
মতমদুদা তুরেল ব্রাংমদগী ঐনা খোঞ্জেল অমা
তারমই, 'লাকও নুংশিবা !'
ঐনা ঐগী লাইরিক্তু খুমজিল্লগা মীহুৎথোঙদু হাংদোক্লমই ।
উরে ঐনা মনঙ্গন্দা লৈখোম্লা থোম্লবা চাউরবা ইরোই অমা
য়াম্না তপ্না অখাঙ কনবা ; ঈশিংদা খুকউ য়ৌনা
কুমথরবা পাখং অমনা মাবু ঈরুজবীনবা কৌথবদু ।
ঐ ইথম্তা মোমোন নোকচরমই, থম্মোয়দা য়াম্না
নুংঙাইবা ইহুল অমা ফাওরক্লমই ।

## ৭৯

ঙকচৈ ঐনা য়াম্না তোয়না কৈদবু লৈবনো
অরোনবা ঙমখৈগী লৈইদু মীওইবনি শানি খণ্ডনবদু,
তাইবং মীরোল খণ্ডবা শাগী থম্মোয়দুগা ।

মতম কুইখ্রবা লৈশেমগী অঙনবা অয়ুক্তা
করম্বা সু মেরু ওইবা য়াইফ কোন্দা
করম্বা অচম্বা থম্মোয়গী মরীনা
মখোয় অমগা অমগা পাউ হোদোক্লরমলিবা ।

খোঙ্গুন্দি তশেংনা মুৎখিদ্রি চৎনরম্বগী
মখোয় অমগা অমগা তোয়না, অদুবু
নক্লরম্বা মরীদি কাউথোকখিবা কুইখরে ।

অদুবু নীংশিংলকলি মশেন-মরান খঙহৌদনা
ময়েক য়াওদবা ঈশৈগী শৈবোন্দা,
অদুনা য়েংজৈ শানা মীওইবগী থস্মোয়দা
থোৎনা নৌনা থাজবগী মীৎয়েংনা,
য়েংবী মীওইবনসু শাগী মায়থোংদা হরাউ চান্না ।

মরুপ অনীসি মায়খুম উপ্পগা উন্নবগুমহৈ,
শক লোৎনববদুদা অনীসি ময়েক শেংনা খঙনবসু ঙমদরে ।

## ৮০

হে শকহেনবী !
ঙস্মিনে নঙদি হুবা নঙগী মীৎয়েং অমনা
কবিগী বীনাদগী থোবকপা শৈহেক শৈরোন পূন্না ।

মখোয়না থাগৎপদি নঙনা খক তাবিদে,
মবম অদুনা ঐনা নঙবু থাগৎপা লাক্লিবসিনি ।

ঙস্মিনে নঙদি নোলহনবা নঙগী খুযা খাদা
খ্বাইদগী অথোই নাপল কারিবা ঙকতু ।
নঙনা লাৎচগে ঈীংজরিবশিংদুদি, মিংচৎনা তুংওইনবিরন্নবা,
নঙনা নুংশিবা খরদুনি, মরম অদুনা
ঐনা নঙবু লাৎচরিবসিনি ।

মপুম মরৈ ফারবা নঙগী খুৎশাশিংনা শোকপদা
থোইনা হেনগৎহনগনি মতীক মগুণ নিংথৌকোনগী ফজবসু ।

অদুবু শিজিন্নৈ নঙনা খুৎশাশিংদু ব্রাইরম শিৎপদা,
লূ নান্না থম্লবা হোৎনবদা অচম্বা নঙগী য়ূমদু,
মবম অদুননি ঐনা নঙবু হঙ্গোয় কিজরিবা ।

## ৮১

করিগী পাউজেল্লরিবা অসুক মিমিরবা খোঞ্জেন্না
ঐগী নাপ্পদা,হে খম্নুং নিংথৌ, ইনিংথৌ?
লৈমন চল্লবদা লৈরাংশিংনা য়াচংবদা
কাউরেন ষন্না হুঞ্জিল্লক্লবদা শঙ্গোন্দা,
লাকই নঙদি নারোন্দা হুরান্দুনা ঐগী নাক্তা,
অদুগা হায়রেদো ব্রাহে কয়া ঐনা খঙ-ঙমদবা ।
মওং অসুম্নরনে নঙনা ঐগী পূক্নিং হুবিগদৌরিবা,
খুদুম চনবিগদৌরিবা নঙনা ঐবু
ময়েক মশোন খঙদবা ব্রাহেগী ময়াইনা শুমদুনা
চুপ্লিদুনা অঙ্গংবা নঙগী চিনবান্না,
হে খম্নুং নিংথৌ, ইনিংথৌ?
ঐখোয় অনী লূহোংবগী চাউথোকচনিংঙাই ওইরবা
কুম্মৈসু পাঙথোক্লোইদৌরিবা ?
নঙগী খোইখোইবা শন্লাংগী ঙাঙ্রানবা শম্বুলদা
লৈ পরেংনা পুনশিল্লোইদরা?
কনাসু লৈজদ্রবরা নঙগী ফিরান পুবিনবা,
থাল্লরোইদরা অহিংসি মৈ, নঙগী অঙাংবা মৈরানা,
হে খম্নুং নিংথৌ, ইনিংথৌ ?

লেঙবিরকউ নঙগী মোইবুং খোঞ্জেলগা লোয়ননা,
মিশেন খাঙলিঙৈ অহিংসিদা ।
শেৎচিনবিয়ু ঐবু লৈঙাং মচুগী ফিজোল,
পুবিয়ু ঐবু খুজেং পালোইনদুনা ।
থৌরাং তৌহনবিয়ু নঙগী দোলাইদু ঐগী থোঙ্গান্দা,
ঙাইঙমদমখৈ খেক্লা খোংলদুনা শগোলশিংনা ।
চিংখৎপিয়ু মায়খুমফিসি ঐগী
অদুগা মীৎয়েং তাবিয়ু, ঐগী মায়থোংদা চাউথোক্লা,
হে খম্নুং নিংথৌ, ইনিংথৌ?

# ৮২

ঙসি অহিং শান্নগনি ঐখোয়না শিবগী মশান্নদু,
ঐগী চান্নবীগা ঐগা ।
অহিংদু মমই, অতিয়াদা লৈচিনশিংদু মচিং মশোন নাইরমই,
সমুদ্রগী ঈথক ঈপোমসু য়াম্না ঙাওরমই ।
মঙলানগী নুংঙাইবা ফমুংদু থাদোক্লমই ঐখোয়না
অদুগা থোঙদু হাংদোক্তুনা থোরক্লমই,
ঐগী চান্নবীগা ঐগা ।
হরিবান্দোংদা ফল্লমই ঐখোয় অনী,
নোংলৈ নুংশিংনা কন্না ইল্লক্লমই ঐখোয়বু তুংদগী ।
ঐগী চান্নবীদু কিগুম-হবাউগুম খংপ্রেক খংলমই,
মহাক্কী মশাদু নিক্লমই ঐগী ইথাদা কোনশিনজরক্লমই ।

মতম শাংনা ঐনা মাবু লুনা চান্না সেবা তৌরক্লবনি ।
ঐনা মাগীদমক লৈগী ফমুং অমা শেল্লিবনি,
থোঙসু লোইনা থিংজিল্লমই মহাক্কী মীৎম্নাদগী
নুংঙাইতবা মীৎয়েংদু উদনবা ।
ঐনা মাগী চিনবান্দা য়াম্না লেম্না চুপ্লমই,
অদুগা য়াম্না মিরবা খোঞ্জেন্দা মাগী নাপ্পদা
ব্রা হায়বমই, মহাক্না জ্ঞান তঙ্খায় অমা মাঙদ্রিফাওবা ।

মহাক লোইনাইদ্রবা মঙ-হাগুম নুংঙাইরবা ঈপাক্তা লূপ্লমই ।

ঐনা মঙোন্দা শোকপদা মহাক খঙবা ঙম্লমদে,
ঐগী ঈশৈনা মহাকপু হৌদোকপসু ঙম্লমদে ।

ঙসিগী অহিংদি নোংলৈ নুংশিংকী পাউজেল লাক্লে মায়কৈ কয়াদগী ।
চান্নবীদু ঐগী থক থক নিকপমখৈ হৌগৎচরমই,
অদুগা ঐগী খুজেং পায়দুনা থোকচরক্লমই ।

শন্নাংদু মহাক্কী মালংদা পাইরমই,
মহাক্কী মায়খুমফিসু নুংশিত্তা ফর ফর হাইরমই,
মহাক্কী মথবাক্তা হাইরমই লৈ পরেংসু ফর ফর ।
অশিবনা ইল্লকপদগী ফংজরে মহাক পুন্সি অমা ।

ঐখোয় মায়গা মায়গা ওনশিন্নরে
থব্রায়গা থব্রায়গা থেংনরে
ঐগী চান্নবীগা ঐগা ।

# ৮৩

লৈজরম্মী নূজাদু লোইবী চীংগী নাপোম অমদা,
চুজাক্কী লৌবুক অমগী মপান্দা, অনকপদা ঈফুৎ অমসু
ঈরৈ কন্না চেহুরি, ঈচেন্দুনা ফাওদুনা চৎলি
থাইনগী উপালশিংগী চীংলেম্মা তাবিবা মমিগী উকমদা ।
ঈশিং শোকপি নূজাশিংনা লাক্লমই মফমদুদা ঈশিং শোকপা,
লমকোয়বশিংনা মফমদুদা পোত্থায় অদুগা ব্রারীসু শান্নে ।
নুংতিগী থবক শু নোমজৈ নূজাদু, ব্রাখল মণ্ডলান্দসু তাউজৈ
ত্রোং ত্রোং চেহুরিবা ঈচেন্দুগী তাম্বাদা ।
নোংমগী নুমিদাংব্রারমদা লৈচিন ফিরুক খুন্নিবা লোইবী চীংদোন্দগী
কুমথরক্লমই শকখণ্ডদবা অমা, শন্নাংশিংদু মহাক্কী
খোই খোইনৈ অমগা অমগা য়েৎশিন্নে তাংজ লিনগুম উইরুম উইরুল্লবা।
ঐখোয়না ঙকলদুনা হংজৈ, 'কনানোনে নহাকপু? খুম্বীরমদে মহাক্লা
ফমথখি মখোল থোক্লা চেহুরিবা ঈচেলদুগী মনাক্তা, অদুগা তুমিন্না
মীৎয়েং তারমই নূজাদুনা লৈজরিবা খাঙপোকশঙদু তম্লা ।
ঐখোয় কিবনা থব্রায়সে নিক্লমই,
অহিংগী মতম ওইরে ঐখোয়না ইরানয়াইদা হল্লকপদু ।

মথংগী অয়ুক্তা ঈশিংশোকপী নূজাশিংদু লাক্লমই
ঈফুত্তুদগী ঈশিং শোকপা ডেউদর উপালগী মনাক্তা,
মখোয়না উরমই নূজাদুগী খাঙপোক্তু থোঙ ইহাং হাংদোকপা,
তারমদে মহাক্কী মখোল মব্রাসু, নোকমি নোকমিবা
মহাক্কী মায়থোংনা কৈদা? অহাংবা লৈবাক্কী পাত্রদু
অদুম্মক লৈরমই লৈমায়দা, থাউমৈসু মহাক্কী
চাকপা লোইরদুনা কাচিন অমদা।
খঙনরমদে কনানসু নোংঙান্দ্রিঙৈদা মহাক কদোমদা চেনখ্রবা ।
অদুগা শকখঙদবদুনা কদাইদা চৎখ্রবা ।

কালেন থাদা কোরৌগী মৈশাসু য়াম্না কল্লমই,
উনসু মহী চেল্লমই, ঐখোয়না ঈফুত্তুগী মনাক্তা ফমদুনা তেংথারমই
ঙকচরমই ঐখোয় পুক্লিংদা, ''লৈরমগদরনে ঈশিংগী ঈফুৎ
নূজাদুনা চৎখ্রিবা লমদমদুদা, ঈশিং শোকচনবা মহাক্না
শারবা কালেনগী খৌরাংলবা মতমসিদা?''
ঐখোয়না থব্রায় ব্রানা মহে মহে অমনা অমদা হংনৈ,
'লৈরিদরনে লৈবাক অমা ঐখোয়না লৈরিবসিদগী
লোইবী চীংশিংসিগী ব্রাংমদা?'
কালেনগী অহিংনি, খাগী নুংশিৎ নামিবসু শিৎলকলি
ফমলমই ঐনা মী কনাসু লৈত্রবা কাদুদা,
থাউমৈদুসু হৌজিক ফাওবা লৈরি অদুম্মক চুখৎতখে ।
খঙহৌদনা ঐগী মীৎকি মমাংমক্তদা লোইবী চীংদু মাংখিরমই,
নাকন্দগী য়ুখল চিংথোকখিবগুম ।
আই, লাকইসিদি নূজাদুনিনা !
করম পাল্লিবগে ইচাশা? নুংঙাইরিবরা নখোয়বু?
অদুবু অহাংবা অতিয়াসিগী মখাদা কদাইদনো
নখোয়না লৈগদবনা ?

অদুগা অৱাবদি! ঐখোয়গী ঈফুত্তুদি লৈতে মফমসিদা
নখোয়বু খৌরাংবা কোকহন্নবা ।
অতিয়াদি মশা অমত্তনি, হায়রকই, নূজাদুনা,
'সুপ্পগী লোইবী চীংনা পল শাবদুদনি য়াওদ্রিবা -
ঈচেলসিমক্তননি তুরেল ওইরক্লিবা, -'মালেমসিতনা
পাকথোরকপনি তম্পাক ওইনা।'
'পূম্নমক মফমসিদা লৈরে, নুংশা থিরিবদি ঐনা,
ঐখোয়তনি লৈত্রিবা মফমসিদা ।
মহাক্কা মথৱায় ৱাজনা মোমোন তৌরদুনা হায়বকই,
'নখোয় পূম্নমক ঐগী থস্মোয়নুংদা লৈরিবনিনে' ।
ঐ মিকপ থোক্লমই ত্রোং ত্রোং চেহুরিবা ঈচেলগী খোঞ্জেল,
দেউদর উপালশিংনা হাইহুম্বগী খোঞ্জেল তাবমই অহিংদুদা ।

## ৮৪

কোরৌ মঙান্না য়াঙনা তান্নরিবা হিয়াঙ্গৈগী লৈচিনশিংনা
অশংবা অমসুং, সনা মচুগী ফৌগী লৌবুক্তা মমি তাররি ।
খোইমুশিংনা লৈহী চুপ্পা কাউনরি ঙাওখিদুনা মঙান্দুদা
মখোয়না খঙদদুনা ইল্লুরিবা ঙংলদুনা ।
ঙানুশিংনা তুরেল ময়ায়গী ঈথক্তা হবাউ মখেল লাংজরি করিসু নত্তবদা ।
ইচিল ইনাওশা, ঙসিদি অয়ুকসি, কনামত্তা হনগুমসি ইরানয়াইদা,
পায়নগুমসি কনামত্তা শিম্বাসু ।
ওইরসি ঐখোয়গী অশংবা অতিয়াসি, চেল্লসি নোংলৈ নুংশিৎকুম
জয় তৌরসি অহাংবা লমদমদু ঐখোয়না চেল্লিবা ।
ঈপাক্তা কোঙ্গোল কাবগুম ঈশিং ঈচাউদা,
নিল্লি হরাউ মীনোক্লা মালংদা ।
ইচিন ইনাওশা,ঙসিদি অয়ুকসি লেনথোক্লসি কান্নদবা ঈশৈ কয়া শক্তুনা ।

## ৮৫

কনানোনে নঙবু, পাঠক, চহী চামগী মতুংদা
ঐগী শৈরেংবু পাবিরিবা ?
তমজবা ওমদেদো নঙগীদমক লৈরাং অমত্তা ওইরবসু
হেক্কগা লৈপাছাগী লৈকোলসিদগী,
সনা খাঙেন অমত্তা ওইরবসু
অনকপা লৈচিনগী সনাগী চীংমায়দগী ।

নঙগী থম্মোয়গী থোঙদু হাংদোকউ
মীৎয়েং পাক-শন্না য়েংউ ।

নঙগী থম্মোয় লৈকোন্দা ফুগায়না শাৎলিবা লৈরাংশিংদগী
হেকউগবা নীংশিংদুনা নুংশিরবা লৈনমদু
লৈরাংশিংদুগী চহী চামগী মমাংদা শাৎখ্রবশিংদুগী ।

হরাউ তয়ামজবদা নঙগী থম্মোয়না ফাওগনি অশেংবা নুংঙাইবদু
নোংমা বসন্তগী অয়ুক্তা শকখিবা ঈশৈদুগী,
লৈহৌগনি নুংশিরবা খোঞ্জেন্দু চহী চামগী মতুংদসু ।

